# য়ুমজাও লৈমা—
## ( শিতংগী )

ঐতিহাসিক কাব্য।

অমিবা লোনগী নাউথিংথোং কম্বাল-কাবা
অমস্তুং মরী লৈনবা অতৈ লাইরিকশিংগা
তান্নজরগা ইথোকচবা।

ভৈনাম ভোগেশ্বর

অকোওবা :—

শ্রীরাঃ কঃ বীরচন্দ্র সিংহ

বা[illegible] এণ্ড ড্রামা

ডিভিজন, ইম্ফাল, সেণ্টর,

মণিপুর।



অহানবা নম্বা কোপি ১০০০

১৯৭১-৭২ ইং।



হক পুম্বা অইবগীনি। মমল লুঃ ৩'০০

ছাপা নম্ফম :—মণিপুর গীতা প্রেস, শিংজমৈ।

খুদোল তমজরি—

ইরেশাকাদগা

থোইদোক হেন্দোক্না

সাহিত্য অমস্মুং সংস্কৃতিবু

থৌগৎপিরিবশিংদা।

অইবা

# তৌবিমল-

মতম কুইনদগী কোংওমত্রবা কাব্য মচা অসি কোওজবদা শ্রীযুক্ত রাঃ কুঃ বীরচন্দ্র সিংহ বাদ্য ইনষ্ট্রক্টর সোং এণ্ড ড্রামা ডিভিজন, থোকচোম খেলেম্বা, আর, কে, নোং (রাজেনকুমার নোংথোনবা) সোয়বম লৈকাই, চেকোন, মরুপ নিংথোম্বম ইবোবী সিংহ অমসুং রাঃ কুঃ স্নাহল বি-কম্‌, ১দি গীতা প্রেসকী মেনেজর শ্রীমঙ্গী সিংহ নচিংবা ভদ্রলোকশিংগী ভদ্রতা, ঐগী পুনসিদা শিং ওমত্রবা লম্মনি।

অইবা।

---

# বাক্কম খরদং

—:(*):—

মৈতৈগী অশেংবা ঐতিহাসিক কাব্য মচা অমনি, য়ুমজাও লৈমা পিতংঙা। লাইরিক অসি মতাং তরেৎ থোক্না খায়দোকচৈ।

অহানবা মতাংদা লাইরিক লৈমবু খুরুমজবগা লোয়নবা শৈহৌনি। মতুংদা য়ারী পরিং তারকখি। মৈদিংঙু উরা কোম্বোবা, (খুংগী কুমজা ৫৬৮ দগী ৬৫৮ ফাউবা) পানখিবা নিংথৌগী মচা ইবুংঙো য়াইমবা নাউথিংখোংগা শেলোই লংমাই চন্নু পিতংঙাগা অনিগী মতমদা মৈদিংঙু নাউথিংখোংগী মথয়ায়বু কপ্পখিবী পিতংঙাগা অনিগী মপুং ওইবা শৃঙ্গার রসতা য়ুক্ষম ওইজবা, বীর, করুণ প্রভাব, প্রকৃতি বর্ণন হাপচবা লাইরিক্লি।

য়ারীগী অহৌবদা মপা ইবুংঙো কোম্বোবনা কম্বালগী তাংবল মথক্তা নৌজরিবা মচা নাউথিংখোংবু তাম্বোকথ্রবদা মচা ইবুং-ঙোগী য়াখলদা সুংশুক সুংজাননা লৈরি। নিংথৌগী হৌনবী ফিজেৎ লৈতেং নিংথিবা থোল্লগা কম্বালদা থরায় সুংঙাইতনা কল্লি। মচা মনাই অঙম-অথৌ পুন্নমক্লা সনা য়াথং করম্বা হায়রকদগে হায়বগী মওংদা মকোক নোল্লা মমিৎ মনা তুখনা থৌগল লাজল শুনা অরাওবগী থোঞ্জেল অমত্তা থোক্তনা থৌগল তৌরি। অসিগুম্বা সুংশিরবা মচা কায়নবগী অৱাবা চৈরকসিদা খাবা শলাইগী লৈমরেল নোংজেং শূনা মৈদিংঙুগী সনা মখোঙ

খাদা চঙজরগা মচা ইবুংঙো নাউথিংখোংবু মী থাছনা থিহল্লনবা নিঙথিনা হঙ্গচ্চথি। মমা ওইবী অমনা মচা অমবু কয়ামুক সুংশিজবগে হায়বগী মতাংদা মখাগী অসুপ্পা পল্লি।

পারী মমোম ওইবশিং শমু নমদা চৈথেং-পী,
পলেম মমা ওইবীদি হান্না চৈথেং ফংজরী।
(লাঃ ১০, পরেং ৭,৮)

ইপা-ইপুশিংনা শিজিন্নরম্বা অরিবা লোনগী পুকৈদা নিংথৌ লেংয়ান ফিগী নিঙথিবা মতৌসু মখাগী অসুপ্পা উৎলি :—

"মফুৎ মফুৎ ইরং-লং শন্‌না ঙান্‌না তারুবা,
লৈচিন শিকা লাংগুমই, চরৈনসু পুকছুবা।"
(লাঃ ৬ পরেং ১, ২)

অসিগুম্বা অহানবা মতাং অসিদা অনুপ্রাসকী শরুকসু থয়া থয়দং মমি তাজনিংবদগী লাইরিক লৈমবু থুরুমজবা মতাংদা মখাগী অসুপ্পা পল্লি :—

"পঙ্‌ল পুমদৈ পঙ্‌লবা পাঙত্রশিংদৈ পাঙত্রবা"
(লাঃ ১ পরেং ১১)

"অচৌ অপিক অপুম্বা অনেম অয়াং থায়দনা"
(লাঃ ২ পরেং ৭)

অসুপ্পা : মরক মরক্তা লৈরাং লৈথেৎ হাম্নগুম কংলা অমদি ইরৈবাকী নিঙথিজবা মতৌ শয়ণ শয়প্পা মঙংদা লৈথাবগা লোয়নজবা মৈদিংগুসিগী মচা কায়নবগী অহানবা মতাংনি।

# অনিশুবা মতাং।

অনিশুবা মতাংদা মৈদিংগু চা নাউথিংথোংনা ময়ুম থাদোক-তুনা চৎপসিরু অগ্নিবা লোন্দা লমলেক হাম্বোই শনগুম হায়না শৈথারি। অসুম্না চৎকম্-চগুকম থগদনা ওসুম গাউচৎনা চৎথিবনা নোংমাইজিং মথোঙলোমদা থুন্দারিবা শেলোই লং-মাইগী লমদা থুংলুই। মফম অতুদা য়িমলেনবম শাগেপী শেলোই নিংতোল, অমত্তা পোকপী লংমাই লিকলু পিতংঙাগা অহানবা পুনশি লমদাং থোঙদিয়রুই। নৌনা মথোক কাররুবা, কাররুবীশিংগী অহানবা হোংবা য়াদবা মিংয়েংগী বাকমতু মথাগী অসুম্না পায়ি—

"মিংকোয় মরি থাব্রাংবা মিংকা মিংকা চা-নবা,
য়াউরো শাফা হৈবগী ওক্লেম টানা থিনগুম্না;
থমুং থিংনা শাহুনৈ-থম্মোয় থম্মোয় থক্পায়া।"

(লাঃ ১৬ পরেং ১৮, ১৯, ২০)

মতৌ অসুম্না মথোক কাজরুকপী অমগী শকম থাবদা—

শেলোই চমু পিতংঙা লংমাই লোকয়াই তাম্বলৈ,
তাংলো লয়গী থবানি। শিনৌ লশিং শকম-লৈ,
য়েংলু য়েংলু থুদিংদা চাংদম থুদিং অথোইবী,
ঈয়াই থক্কী থরোনি অয়াৎ কৌদা লৈতবী!

(লাঃ ১৬ পরেং ২, ২২)

(লাঃ ১৭ পরেং ১—২)

লংমাই চন্নুসিগী মিৎয়েং অমম্ভং মীনোক অমদা মথোক কারক্লবশিংগী মফমদদি—

ওকশম তোংদম পৈরপ্না কোলোয় মোমোন নোকপদি,
য়োইহৈ পুমবৈ লকা-মুং রায়রা লকা তেনবাললি।

অসূম্না মৈদিংগু নাউথিংখোংনা শেলোই লমদা য়াউ-ওং ইন্দুনা য়ুম্লেপ কাঙথঙ ভম্বদা পুনশি পম্ভুংনথিবগী রাফমদা মথাগী অসূম্না পল্লি—

নমু মপুঙ ফান-হয় চাউখোং হারেপ ফান-হয়,
পুনশি তাউজিং থুমথোইবা উনবি পুকনিং পুকহু-হয়,
থুৎতা শূনা তুমকননৈ অচাউ লেপফা তাউজিং হয়,
( লাঃ ২২ পরেং ১১, ১২, ১৩ )

অসূম্না শৈথারগা য়াউওং ইন্দুনা লৈখিবনা অনিশুবা মতাংগী শৃঙ্গার রসপু মপুং ফাহল্লি।

## অহুমশুবা মতাং।

অহুমশুবা মতাংদা নোংমাইজিংদা তারিবা শেলোই লংমাই ফুরুপকী য়ুমদা-কৈদাবগী মওং, মাথোরগী অকন-অথৌ শা-না লাম্নাগী থবক্লা মথৌ ওইবগী রাফমদা মপুং ওইরগা হাউকপ চীংশ্রাং থুনফম ঙাংচেং লোই চন্নবা লাকপদা মৈদিংগু উরা কোম্বোবগী মনাই নোংবাল কাদেম্না খোম্বিদোক্তা ঈশিং খিজত্তুনা ঙা ফানবা খৌরাং তোরম্বগা থেংনরুই। মতাং অসিদা অরিবা পুকৈগী

নোংজুপান্থাদা ঈকা-ঙা য়াম্না কারকপগী ৱাকম মথাগী অসুম্না পল্লি—

মকুম কুমজা-লাকয়েন্তাই খোংবাল পিশা মীরৌৱাই,
নোংলেন মরাঙ হৌবনা লেমলৈ ঙারি তোংচং ৱাই ;
লাইজা ঈথিল কনবৱাই লেমলৈ ঙারুম ঙাকা-ৱাই,
খরাই চাংদোল খনবনি : খৌরী মরৈ তা-গুম-ৱাই ।

( লাঃ ২৪ পৱেং ১১, ১২, ১৩, ১৪ )

মফম অসিদা লংমাই লালোইশিংনা কাদেম্ব উশিন্তনা মখোঙনা কাউরম্বগী ৱাকম মনিংথৌদা পাউদম্লবদা মৈদিংঙুনা মরৈবাকপু নিঙথিনা ৱায়েল থৌদাহনা সাম, দাম, দণ্ড, ভেদ হায়বা লৈঙাকলোন য়েংনা নিঙথিনা পাল্লিবসিবু শেলোই লংমাইনা উশিন্তে হায়না খন্দুনা লানথেংনখিবা অকল-অথৌ উৎনবগী মতাংনি । অসিগুম্বা লৈঙাকলোনগী ৱাকমদা মথাগী অসুম্না পল্লি—

মৈতৈ ঐগী ইশাইকোন ঙাক্লকপনি কায়দনা,
পোইরৈ ঐগী ইরমদম্ পোংবা তরানা লৈঙাকপা,
থেম্ন-পীনা-চৈরাক্তান 'ঢুগা লমকেৎ লমহাইনা ;
নিংথৌ ঐগী ইদাইরেম অসুক খীনা লাকচবা ;

( লাঃ ২৭ পৱেং ৩, ৪, ৫, ৬ )

অসুম্না অহুমগুবা মতাংদা অকল-অথৌশিংগী মতিক মথৌনা উৎলবদা লংমাই লালোইশিংনা মান্নখিবা ফংহুনা মৈদিংঙুবু

থরুম তৌখিবা, অমদি লমনশিংবা ঙমদনা থম্মোয়দা তকশি শোল্লগা মচাইবুংঙো নাউথিংখোংদা লম্মন্ শিংনবা কাউঙম-খিদবা মতাংনি।

## মরিশুম্বা মতাং

মরিশুবা মতাংদা মৈদঙ্ নাউথিংখোং, মশানৌ পিতংঙা অনিগী মুংশি পম্বুং থাইনবা মতাংনি। মরক অসিদা লংমাই লালোইশিংনা মৈদিংঙু উরা কোম্বোবগী মকমদা লম্মন শিংবা ঙমখিদবনা মচা ইবুংঙো নাউথিংখোংদা লম্মন শিংগে খনখি। মরম অসিনা লংমাই চনুগী মফমদা মবুংঙোবু পিয়ু কায়না কন্না তকশিনবা মতাংনি। অসিগুম্বা থরায়গা হকচাংগা থাইদোক্লগদোবগুম্বা মওংদা লংমাইশিংনা হুকনবা, অয়াকপা খোনফম্না পিতংঙাদা তকশিল্লকপবু মাগী লৈশি লৈথোনবা য়াহৈ কয়া অমদি মবুংঙোবু কন্নবা থৌরাং কয়াদা নিঙবা কায়বগী মওং মথাগী অসুম্না পল্লি—

নমোম লেম্বা শায়েংকায় লোক্লৌ তবোপ কায়গুব্বী,
হাউশি থুদোপ মল্লাইবী হাউমন লাংনা কেমরাইবী,
শেলোই নখোয়' নমোমবু ঙাইরোং তংদনা লৈ-শাবী,
ঙইরগনি নমোমদি শিংঙেল ঙন্না কেমলবী।

(লাঃ ৩৮ পরেং ১, ২, ৩, ৪)

অহুগা তাইবঙগী হৌনশা য়ুম্বাল খুলিংজবদা নৌনা খোঙ-দাজরক্লিবী, মপারী মমোম ফংজখ্রিবী, অহল মতম ওইখ্রিবীনি ফায়না শৈখাবদ —

শিংঙেল ইচু থাউসিস্থ নৈরাং ইরাক চামদঝি।
য়ারা শুজা নমদরি, তিকতা লাইকোয় থোংদরি।

( লাঃ ৩৮, পরেং ৮, ৯ )

অসিগুম্বা য়াহৈ খোনকম কয়াগা লোয়ননা মবুংশিংগী মকমদা মবুংঙোগী থরায় মিরেল কন্নবা হোৎনরি। লোয়ননা পান, নুং, ফুৎলগা লংমাই লালোইশিংবু য়ু পিথক্কনা ঙাউহন্নিঙে মবুংঙোবু লোম্না ফক্লাং হোগায়হনা খাদোকথিবগী মতাংদা নিঙ্বা কায়জরবী পিতংঙাম। মবুংঙোবু অহিং অথেঙবদা তাম্না য়েংজহৌবা মতাংদা অসূম্না পল্লি—

শেলোই চন্নু পিতংঙা লাইরেল মাগী মভৌ-য়েং,
মিৎয়েং শানখৈজখিদো মুংশি শক্তম চিংল-য়েং।
নিংশা ফুইনা হোনজনা পামমু শকফম মুংদ-থম,
তথক তথক য়েংজৈদো, মুংশি য়াংদো মিৎমাঙ-থম।

( লাঃ ৪৫ পরেং ৭, ৮, ৯, ১০ )

## ৫ শুবা মতাং

মঙাশুবা মতাংদ নাউখিংথোং খুমন লমদা চত্তুনা মীওইবগী হৌনবা য়ুম্বাল খুল্লিং তমলুই। খুমন নিংথৌগী মচা ইবেম্মা

খয়োইরোল কৈরুং হাংবীবু পীদুনা মতম কয়া খাঙ্লবা তুংদা ন়োংমা মোইরাং নিংথৌ সনা য়াখ্বানা য়াহোঙবদা বার্ত্তন তৌরকপদগী মৈতৈ নিংথৌগী মচানি হায়বা খঙলদুনা মচা ইবেম্মা ইরাংলোন নামন-চাউবীসু মৈদিংঙু নাউথিংখোংগী মকমদা কৎখি। মতাং অসিদা মতাংগোয় অনি শুবগী হৌনবী মরুম তালোয় কেৎন-রা হায়বদু মপুক্তা ইথম-থমদনা মমা অমত্তুগী মচা মপা অমত্তুগী মমোম ওইবগুম্বা য়াকমদা অসুম্না পল্লি—

লাইরেল তালোয় অনিনা খুমন পুংদা য়াঙ্গোইবা,  
পলেম অমৈ পী-মা-চা পনথৌ অমৈ পা-মা-চা ;  
উন্বি অনি লীতিন্না পায়মা অনি লোনদিননা,  
হরাউ তয়াম পানমমৈ ! তুসুং লংলা পুনগুম্না ;

অসুম্না মঙাশুবা মতাংদা য়ুম্লেপ ক্ঙথাং নাইবগী য়ায়ম নিঙথিনা তমখি।

## তরুক শুবা মতাং

মৈদিঙু নাউথিংখোং, খুমন লমদা মতম কুইনা খাঙ্লকপা অসিদা মকু ইবুংঙো পুনসি য়ুমোইবনা মস্মাক ইবুংঙে অসিদি লেপ্না মাঙ্বা য়াবা মী নত্তে। মতম অমদা নিংথৌ লয়কোয় কম্বা অমা ওইরগদৌবনি হায়বসি খঙখিবা মরম্বা লুরাং গুরু পুনশিবগী মকমদ শাজৎ-লীচৎ (ধর্ম্মনীতি—রাজনীতি) নিঙথিনা খঙ্লনবা থাখি। মতাং অদুদা মথাগী সুম পল্লি—

পোইরৈ রারম তরুবা খুনুং লাইরোল নিঙথিবা;
পাউতাকখিগুম তাকপিরে ময় পুংবাল লুরাংনা।
( লাঃ ৬৬ পরেং ১, ২ )

অসুম্না মৈদিংঙুনা লুরাংগী লমদা লৈরিঙৈ মপাবুং মৈদিংঙুনা পুনশি পিখম্নরক্লদুনা খমনুং মায়কৈ তমগ্রবদা মমা ইবেম্মা নোংজেংশূনা রাজবগী তেংথাখোনগা লোয়নননা নিংথৌ কম্বাল হাঙদনবা শীঞ্জবা মতাংনি। চৎনবী মতুং ইন্না মৈদিংঙুবু মৈদা সংস্কার তৌনবা মংলেন্দা পুরক্লবদা মৈতৈ লৈমা লৈমরেন্না মপুরোইবা কায়নবগী মৈচাক্লা রাস্থরবদা লোয়নবীশিংনা পাউ-থেমজবগী রাকম—

মালেম কোরৌ অঙানবা, য়োইময়ায়দি তাউদনবা,
কোরৌ মাগী খোঙচৎ-লোই তারমদাইগী মতমদা;
কোরৌ মৈনা নেমকবপা ইমুং মানা শিল্লকপা
লৈথিবগে অহনবী। তাইবং কনা খামগুম্বা?
(লাঃ ৭২ পরেং ১৬, ১৭, ১৮, ১৯)

অসুম্না শৈথাবগা লোয়ননা লুরাংগী লমদগী মৈদিংঙু নাউথিংখোং, লৈবাক থৌগাই পুনবা কংলৈদা হল্লকখি। কুমজা মঙা নিংথৌগী থৌ পুরক্লবদা কম্বাল তোংনবা থৌরাংদুনা কম্বাল তোংখিবা মতমদা মমাঙৈদা বাশক রাহেক্লখিবা লংমাই পিতংঙা তফিং তফিং লাকচখি। ফুংখিবা নুং মচা কয়াম্থু রাউজরকখি। অদুবু তাইবক চাউরী পিতংঙা, মরাইংক্তা লৈমরেন কমথোল

ফংউ তমদবনা ফম্বাল ক.মিন্নখিবে। তৌইগুম্বমুং আশাগী মরুম থূপ্ন্ন্ব্বা অমনা অন্না অনা অকি অথঙ পুম্বা লাম্থোকচবা মতাংদা:—

'শাবী রাখল মাঙওইনা,

তুরেল খাম্বা মাঙথংপা; লৈঞ্জে কুমজে কয়ামা।

( লাঃ ৭৪ পরেং ১৪, ১৫ )

অসুম্না তরুকশুবা মতাংদা নিঙবা কায়বগী মতাংনা লোইশিল্লি।

## তরেংশুবা মতাং

থায়নটৈদগী চৎনরক্লবা, নিংথৌ ওইরবদি ফম্বাল তোংবা হৌনবা মতাংনি তারেংশুবা মতাংসি। নিংথৌগী হৌন-চৎন পুম্বা চিথদনা থৌরং তৌরি। নিংথৌগী ফিজেৎ লৈতেং, লৈমগী ফিজেৎ লৈতেং, মিৎয়েংদা, তথক্লবা ঙাক্লি। অঙম অথৌ মচা মনাই কয়ানা চ্যোকশিন্না ঙাকলি-শেল্লি। অসিগুম্বা নিঙ্-থিরবা, নুংঙাইরবা মুমিৎ অসিদা মমাংটৈগী মশানৌ অহানবী পিতংঙাগা তাইবঙ পুনশিদম্বী খাইদুনা ( লৈরেলহনবী) য়ুমজাও লৈমদা তিনগদবা মতাংবু কংলাগী উরা, নাপী—শীংবী, হৈরাং লৈরাং খরা লিরবশিংনা অন্নাবা মায়ম্নোক থাজবা মতাংনি। নৌজরিবা হৈরাং লৈরাংশিংনদি খঙদবগী হৌনবা নুংঙাইরি হরাউ মথোই তোংজবগী বাফমদা মখাগী সুম্না পল্লি—

খাংয়েৎলিবা উরি-লৈ নুংবংননা খাঙ্জরে।

মতৌ করম খাঙশিন্না চেংলৌ করম য়েংশিবা,

( লাঃ ৭৭ পরেং ১২, ১৩ )

অসূম হায়না থনবরা ভুংগী থৌরম খল্লুবা ?
হৈরাং লৈরাং নৌজ'শিং হরাউ মথোই তোংহ্নুনা,
হাইনা ছুন্না তাম্থারি কমবাল থৌরম উবদা।

( লাঃ ৭৭ পরেং ১৪, ১৫, ১৬ )

অসূন্না অরা-মুংঙাই অনিগী চৈরক্তা লংমাই পিতংঙা কংলাদা থুংজখি, হায়নবা রা ঙাক্লমগদৌবোই খঞ্জে তৌইগুম্বস্নুং খুমন কৈরুং হাংবীগা কম্বাল কাখিবা স্না তাংবন্দা ক্ষাংথ-লেংথ ফম্নম্বা উবদা পিতংঙা খাংঙমখিদ্রবোই মাগী মথম্মোয়। য়াইবি মিরেল হামহৎখ্রে পিতংঙা! খূদক্তা রাম্থহুনা য়ুমজাউ লৈমদা তিনখ্রে। মতাং অসিদা খাংঙমদ্রবা নাউথিংখোংনা য়ারা থোম্থোরুনা হায়রকখিবা রাফম্না মখাগী অসিনি—

নথংলেন্দি ঐহাকসে—"মিরাংদ থুবা কুরাকুম্"
অসূপ তমথি' লারুবা? শাগকলবা চেকলাগুম।

( লাঃ ৮৭ পরেং ৮, ৯ )

মতৌ অসূন্না অরাবা শরূক য়ারুরগা মশানৌ পিতংঙাগীদমক মৈতৈ পুন্নমক্না ইকায় খুন্নবা উৎনবা সনা য়াথং লাউথোকখি, চহি খূদিং চীঙ্গোয় ঈরূপ্পুনা হৈ-লৈ চেং থোয়দিং থা-ন-থা তরেৎঙুবা মতাংদা লোইশিল্লি।

য়েংবিগদবা :—

অসূন্না ঐনা ইজবা পিতংঙাগী শৈরেংগী মতাং মতাংদা শৈরাংজরিবা লংমাই চম্নু পিতংঙা য়িমলেনবম নিংঙোলনি। অঙাং ওইরিঙৈদা নৌনা মমা কায়নবদগী মমা ইবেম্মা পেম্নুগী মমিং

অমদি পিথাং শিনবীনি হায়দুনা ইবেম্মসিবু পিতংঙা হায়না মিংথোনখি। য়েক্লা অঙোমনি। ইবেম্মা অসিনা য়ুমজাউ লৈমা ( লৈরেনহনবী ) গী মফমদা তিনখিদুনা য়ুমজাউ লৈমনি হায়না নিংথৌ সনা য়াথং লাউথোকখিবা সুমিৎ অসি লমতাগী নিন্দুং মাকমৈ ১৪ নি পানবা সুমিৎনি। মাসি খৃঃ গী ৭ শুবা শতাব্দীদগী হৌনা ইবেম্মা অসিগীদমক মৈতৈ ফুরুপ্পা চহি থৃদিংগী ইকায়-থুম্নবা উৎপা ওইনা চীঙ্গোয় লুপ্পরকই। অদুবু মৈদিংগু পামহৈবা (গরিবনিরাজ) সনা হাক্তকগীদি মৈতৈনা রামান্দি ধর্ম্ম চৎলকপদগী চীঙ্গোয় ঈরুপ্পা অসিবুসু বারুনী স্নান হায়না ওন্থোক্খি।

ভোগেশ্বর।

# য়াতিকম ঃ—

# য়ুমজাও লৈমা

## ( পিতংঙা )

### অহানবা মতাং

পোইরৈ সনা পুঙ্‌ময়োল অশৈরেম্‌ব পুম্‌বগী
শৈজুং ইন্না ওসিনোং, পায়মা শিলৈরোম্‌বনা
শৈশকচগে শৈরেংসে। অপাম মুংহিক শৈফমদা,
* পলেম শীংজাখোনবী-ও! ওাম্থোইবিরো লাক্লোবা!
লৈয়েংথক্তা ওানজুনা মূকমু লৈভোল কম্বাল্লাং
পলেম নওগী নওালবু কংজনিংবৈ ইথৌ-লাং
তাওজগুমনা লোম্থ্‌পা য়াওরৌগুমনা লোন্‌ফাইনা
কুমজা কয়া খাওলুবা ওমত্রে ওসি খাঃওজবা,
ঈমা থৌজাল হৈবীও! য়াইফ নোংদম্ফিরোবা!
থৌজাল লাইজ কংদনা অপঙ্‌ লোক্লে চেন্নবা,
পঙ্‌ল-পূমদৈ পঙ্‌লবা পাওত্র'শিংদৈ পাওত্রবা
করম অঙ্গি খোয়িনি, নাবা পান্দম লাকপনা।
কনানোনে মালেম্‌মুং' লৈমি কৈকক্লবকাও

* লাইরিক লৈমা— হৈংগী লাইরেম্বী।

ঙনজখিবা ফাখিবা, 'তুনা শীংক্ত খোনবী-ও!
নখোঙ-খাদা খুরুমজে হুমবু নারেং শুরিবী!
মীতোকচারি ঐহাক্তি। চক খুদিং মালেমগী
চকী খোংফে নাপখি'শিং নতিক নঙলদগীনি,
'তুনা ইঙল খিত্তং থৌনিজে, নঙল লৈবা ইমানি
তাইবং নমু মহৌশা তেংবাল মাগী মথুংথা
অচৌ অপিক অপুম্বা অনেম অরাং খায়দনা
মপূ মাগী মরায়েল, কাচিন কোয়া থুংখিবা
লায়র অদোন খায়বিদে। নিংথৌ মীনায় মখাক্তে,
থুংনা য়েল্লি মশেকতো অরাংপস্থ লৈহন্দে।
মতৌ অসুম শাননরি তেংবান কুম্মৈ য়েংদুনা
তাইবং মপূ মহাক্না থাোক থাজিল তৌদুনা
চিংথোক চিংশিন শায়বা থুংলবেদো নিংথৌদা।
পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌরেল কংলৈ লৈঙাক থৌবুবা,
পারী খাইনা মৈশা-লাং *নিংথৌ উরা কোম্থোবা
কংলৈসিগী য়োইময়ায় মঙাল মশেক ইশাম-শাম্

---

* মৈদিংঙু অসিনা খাব শলাই নিংঙোল নোংজেংশুবু মহারাণী হাপই। লৈমা অতোনবী ১মু লৈই মিংলেন্দি নোংবাললোন হৌইর.বী কৌই। লৈমা অহনবীনা মচাক্নপী ১গা নিপা ৪ গা ৫ থক পোকখি হাতুদি:— পনংশাঙবী, নাউহন, য়োইচারোন, নাউখিংথোং, নিংথোরাংজ অসিনি। লৈমা অতোনবীনা ফোরায়াং লাইকোকপু পোকখি। লোরেম্বম শাগে ওইখি। নিংথৌ অসি খৃ: ৫৬৮ দগীনা খৃ: ৬৫৮ ফাওবদা চহি ৯০ কৃবালয়া পানবা নিংথৌনি। মতম অসিবু নিংথৌরোল কুম্বাবনা নোংদা লাইগী হুংশিং ৫৬১ দগী ৬৫১ হায়না ই।

চেংলৌ শকতম মকশিন্না কংলা মেনবূং মথকতা
ঊন্বি চনীং লয়্তা-দ ফম্বাল লাংজে লৈমাবা ।
কংলৈ সনা পুংময়োল পোইরৈ লমদয়ম্মূংশি !
*ময়ায় শুমখোং-পান্বু-কৌ লাইরৈবাক্লি কংলৈসি
মহম্ম ময়োং· চূমগ্রবা লয়কোয়পুংগী খোয়দৌনি ।
কুম্মী কালেন নাকেন্থা কুমখাই তরুক থৌগল্লি ।
† তাম্থোং ময়ুং কুইহন্না লেমখোং মরাক নাইহন্না
লোইবি চীংলোম্মাপন্-কোয় য়ায়্দা চঞ্জে ·তম্পাক্লা
শংল-তলা পামেল্লক হয়্রাং লৈরাং রাংহন্দা
অইঙ্-অশা ঈচীক--খায় ঈংনা চীকনা লেমলিবা !
লোইবি চীংলোল্লকুগী কোয়ৌ নোংদোল তেমলীংবা;
শিংলী পাফল মতৌগুম ভুরেল খাম্বা মথেক-শা
লূপা মহী ঈরীগুম থুংনা য়েনবা মায়কৈদা
তাইবং পুকনিং শুমাংচৈ । শৈথাসিগে কয়মনা ?
কংলৈ মানা ঙান্নাইবা, লোইবি চীংদোম্থকসিদা,
নোংদোল কোয়ৌ হন্বগী মক্লু মশেক মঙাল্দা
মালেম নঙগী নতিক-উৎ নঙল শল্লি ঈমানা ।

* মতম অমদা কৌনয়ম্বা লৈহাক অসিগী মমিং ।

† (ক) সনানা ময়ুং কাবা লুপানা মফেগ ওইব ।

(খ) ময়াক ময়ুং য়েংবদা নিংথিজহনবা ।

(গ) মফম অসিদদি ধর্ম্মনা ময়ুং কাযগা লৈঙাকলোয়া মফেদ ওইববুনি ।

লৈরাং থম্বাল শাৎপগুম নাইতোম ওইরি ঈয়ায়দা।
চীংও মাগী মন্নায়েল খোইয়ম মাগী মথুৎথা
মালেম লয়পুং কাবদা, ফগায়' শাৎপা শিংঙেলগুম
মালেম নঙগী *শিয়োমগী কংলৈ কৌবা তম্পাক্রম্
শল্লম্মিনে লৈনম্না, য়েল্লম্মিনে লোইবি-লম্।
চক খুদিং লুচিংবা তাইবং চৎলম শিনতাকপা,
অমাইরোন্না কয়ামা থাবী লেংনা তুংইন্না;
অশৈরেম্বা কয়াম্স পাম্বোম তিংনা কোঙ্গায়মা!
কয়াগী মতিক চ্যোকশিঞ্জে কংলৈ থৌঙাক শীঙ্গবা।

কংলৈ 'সিগী কংলা-মেন্ তাঙ্বল্ য়েৎ-ওই অনীদা
শারেল নোংশা মতম্নি সনা পাম্বোম থম্নবা।
তরং-তরং পাঙ্বা মিৎ শারেল য়া-দ ·হাজও-য়ৈ,
তাইবং লকি তুজুংনৈ; অউ' পুম্বা থকপান্নৈ।
তাঙ্বম্বক্কী নম্ঙাসে তমফা কোঙ্গোল থিল্লিবা,
মঙাল মশেক পুমলং-লং য়োইমন্নায় মশেকনি।
ময়ু পাফল তাউরোইনাই তোক্লেন মতৌ লাক্লবা
নীংথিরবা তাঙ্বল্না কংলা মেনগী ফম্বালনি।
কংলা শঙলেন নীংথিবা মালেমসিগী লাইরৈবাক্
শঙলেনসিগী শঙনুংগী চুমন্নিং চুম্বা য়ুম্বীরক
চুপলেন শীংকাপ *নারঙউ §উথাউ লংনা তৈবনি।

---

* গর্ভচুংগী, *মনা কৃষ্ণা মচুপ কৃষ্ণা উ মথল অমা: মাসি তক্ত তক্ষপা লংলকই। §উথাউ—মচু ওঙবা উ মথল অমনি। শাগেশ্বর পাম্বীবুম্ন থঙৈ,

কজৈ নীংথি য়েংলুবা করম হায়না শৈথানি ?
তনমূ মশেন থারোল্লা তলহাউ মশেল নমঙাবা
কংলা শঙলেন য়ুম্‌বীরক ফিগে য়ুখল থাধবা
য়ুখল মরক থূদিংস্থ শিংঙেল মথল মথেলগী
শিংঙেল নানৌ য়েপপনি, লৈরাং চোম্‌বূল মরকী
লৈরাং পরেং খিবিকস্থ থাজ মকোয় তমদুনা
য়ুখল থূদিং য়ানবনি। কংলা শঙলেনমুংসিদা ;
মেনগী চৈরাক মমুংসে ফিজও ফিবুং মঙালদা
তমফা য়াইরং চাইবনা মঙাল কোন্সোল থিল্লগা
অচৌকপবু থৌগললি তুমিন তুমিন লেপতুনা।
কংলা মেনগী তাঙবম্বক নিংথৌ উরা কোন্থোবা,
মুগা খামেল চপ্প-থোল চেংলপ্‌ তৌবা খ্বাংতুদা।
ময়েক ময়েক থোক্লবা নিংথৌ-ফিনা চোঙ্গোনবা,
ফম্বাল মেন্দি নিঙথিরে, তাঙবল মশেক হাপ্তুনা।

পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌরেল শল্লাং চোম্বুল তরৈনা
শল্লাং ক্রক্‌পু লাক্তুনা, মায়মু তোমশোল চিল্লগা,
থারোল ফুরিৎ নিঙ্‌খিবা সনা হকচাং নপ্‌ফাবা,
শারেল নোংশা পান্দম্নি। থবাক ঙানফম লোৎঙমদা,
লেংয়ান ফিদি নিংথৌ-ফি লেংদোন অনি ফারগা
তাংবম্বকতা শনখিবা শংল তরং থককোয়দা,

মফম অসিদদি উ অফবা অচঙবনা য়ুংবা উদা খোইফগা অচাথাউগা অনিনা তিন্নগা শেবা থাউ মথল অমা তৈ হায়বনি।

মফ়ৎ মফ়ৎ ইরং-লং শন্‌ন ঙান্‌না তারুম্বা
*লৈচিন শিফা লাংগুমই, চরৈনম্ন পুকহূবা।
থৃজি নাশী ইরং-লং নিংথৌ পাম্বোম নিঙথিবা
সনা খৃত্তা রায়েঞ্জে, তাঙবল থকতা ঙাম্থোইবা,
ক্ষংলৈ লমগী নিংথৌরেল কয়াই মতিক নিঙথিবা
কংলা মেনগী তম্ফায়াই, তাউদনবনি মালেমদা।
কংলৈ 'সিগী কংলামেন সনা তাঙবল অকোয়বা,
ঙসি কৌবা নোংজাসে নিংথৌ ঙম্বা অঙম্বা;
নিংথৌ নাইনা পুমকোয়-কোয় পুথ্রম নোংথোল শেলুংব
চোন্না তিল্লে, চিত্থদে, † মরোম্ন পুম্ন থেন্দুনা।
কংলা মম্নুং য়েংলুবা সনা য়ুমবী খৃদিংনা,
তুমিন তুমিন লেপ্পগুম ফম্বাল মেনগী অকোয়ন্না
নিংথৌ নাইনা চোনবদি রাইথৌ থমচেৎ হয়্‌মায়্‌না,
নিঙথিজরে য়েংবদা চেক মোক লাউদে করিনো?
মতু মমান্‌ চুংজনা নিংথৌ য়াথং ঙাইজবশিং,
সনা হাকথং কয়ানি। মোইকাই মিৎলৈ য়েংবশিং,
হায়জদোবা কয়াগা নোনজদোবা কোংপায়্‌গা
চেক্লা মোম্সৌ পাঙথকনি, মনিংথৌবু ঙাইনবা।
ঈচীক থেম্বা তম্বশিং মপুই মনাই অচানবা;

* চীংয়া তময়াগী নিংথিজরবা অশংবা দৃশ্যগী মথক্তা লৈচিয়া পা-বা-না কৃম্নগা মঙ্কুং ফাউনা উবহুগুমই।

† দকপ মপাং লোয়ন-চারবশিং। মোইকাই—মিৎকম।

তুমিন তুমিন চিক্‌পকনা কিজ খংজ মতোদা,
নিংথৌ থৌগল থৌশীঙাই, মরু লক্লা ঙাইজবা,
কয়াই মনিঙ্‌থিজনো ! মপুই থৌগল খোয়্‌জঙ্‌বা।
খুদোং শেনাৎ খনজবা তমবা নিপা অনিগদ,
নিংথৌ নাইদি অনিনা চোঙবু পায়রি, থৌগনদা।
কংলৈ *তাঙবল য়ায়দ-চল য়েৎকা ওইগা নাক্‌য়ানা
নিংথৌ মাঙ্‌দা মরুলক তৌজৈ থৌগল মপুদা।
অকল অথৌ কয়ানা, য়েৎথাং ওইথাং য়াল্লবা,
চোঙগী পেগী থৌগল্লোয়, মালং ঈচীক থেম্বগা,
নিংথৌ শেনবা পুমবনা মিকুপ নাহুম্নজরি।
কংলা মনুং চোনবশিং নিংথৌকৈদা শোয়খিনি।
কংলা চোন্ন তিল্লবা নিংথৌ নাইনা থল্লবা,
চীক্ত চীকপা উমংগুম মীনিল মীরা তাত্র'দা ;
অঙাং অপক অশংবা অমু অঙৌ তিনবদা,
নিংথৌ ঙান্ন ঙাম্মোইরি। অঙম্ব লকী তাঙবন্দা।
নিংথৌ নাইগী মশেক্তা নিংথৌরেনগী মঙান্দা
পোইরৈ সনা লমদমসে, থাবা, থুমন, লুরাংনা
†হুয়েল তেমশিং ঙম্নদে। হৈরেম খুঞ্জান, অঙোমদি,
খেন্দে, চাইরেল, হুইকপ্‌সু ‡তক্রৌ শিদং শোনবনি।

---

*তাঙবল—সিংহাসন, চৌকি। †হুয়েল—লাল, ‡তক্রৌ শিদং শোনবা—তকশি শোনবা।

কংলা মেনগী তাংখম্বক মতৌ অসুম চীকল'দা
নিংথৌ উরা কোম্থোবা য়েং'দ শক্কম শুক্কা,
মায়কৈ মরি কোয়্ন-য়েং লোইবি চীঙ্গুম লেম্বনা
নিংথৌ পায়মা ওমচাক্লৈ। "চীংঙু শিঙ্গা থঙ্গুবা"।
ঙাইহাক পুঙ্গোয় চীক্লুবা মীনিল মীন্না থোক্লুবা
কংলাসিগী কংলামেন্ নিংশা নাকোই শিংঙ্রবা,
পোইরৈ সিগী মীয়াম্লক নিংথৌ মিথয়েং শানখৈবা,
অচীকপবু থুগাইরে; থাম্বী মৈপোক থোক্মনা।
ওম্থোকপনি তাইবংপাল! থোইরম মাগী থৌদাদা
কনানবু কক্ওম্বা! তাইবং কনা শীনওম্বা!
অরাৎ অহেন নাইহন্দা মায়কৈ খুদিং শেন্দুনা,
লৈবাক হূপ্পা কোকনোল্লি, নিংথৌ থৌব্র পুবদা।
থোইরম মাগী মথৌজাল চীংঙু মাথোয়' মরলকু
পারী নাউদা ফংজবা পারী মঙা অসিবু
চেংলৌ য়েংনা খোয়্দাপা নিংথৌ ঐগী ইপুকসে;
লাইমা চনিঙ্ লন্তাদে মিকুপ'মত্তা পোথাদে।
* পারী মঙা মুংসিগী পারী নাউদা য়াইমবা,
লমকেৎলবা নাউথিংখোং পুক্সি চাহৈ মকুমজা
নারা মতম ওইবনি। কুমলাং তরা' মঙাইবা,
মপল য়াবা থৌওইদ পম্থৌ পাউতাক ভুংওইবা!
মপল ঐগী কংলৈগী কংলা শজায় মুংসিগী

শানখৈবা—ভায়া য়েংথিবা।

য়েইবু য়েইহেন পুন্নগী, মিকুপ নাহুম-সুংদগী
* কোনলোয় শঙ্গায় থাদোক্ল লয়েক হাম্বোই শনগুল্লা
মালং থুহুং ইনথবা! নাল্লা উনবি হক্ইনা।
নিংথৌরেলগী য়াল্লনা মেনগী চৈরাক অচীক্পা
ঙুংঙুং ঙংবা ‡নিননা, বংলৈ চোননা থিলনিবা,
অচৌকপবু থুগাইরে। পোইরৈ মীয়াম অপূমবে
থম্মোয় থুদিং থকপাল্লা হল্লা' শক্লক য়ামিননৈ।
নিংথৌ য়াল্লা মপাউদা নিংথৌ ঙম্বা অঙম্বা,
এঃ কল্লম্নো? কমদৌনি? নিংথৌ নাইনা চিংবনা
য়াল্লা অসূম ঙংলকপা, থোয়ফ্ মহুমসুংদদি
ঙুংঙুং ঙংনা নিল্লকপা থোয়ফ্দুগা পাংথক্নি।
মতৌ অসূম নিল্লঙে পায়মা উনবি তপ্চবী,
থাবরেল- কৈমা নোংজেংগু য়াল্লা থোম্বোক হাদবী;
চরৈ ফিগে কানক্না তাওজা লুদ চরৈ-থোং
লক্ল নোম্না মেণ্জনা ল্লাহোমজরি † ল্লাকমবোং।
মোল্ল্ কোয়ৌ ইনোংথৌ! পাল্লী চীংথোং য়াইমবা,
ল্লাঙ্গোন চাদা নাউথিংথোং, মপল নিংথৌ ল্লাল্লক-ল্লা,
চৈথা ভেমথেং ফংবগী পায়মা ‡লিম্না তাম্বনা,

* কোংলোয়—লৈনবা মুন। চাইং—চাহি। লমলেক হাম্বোই শনগুল্লা —মুমদা হল্লক্বা, লমবদা লৈথ্রবা, কামল্লবা শনবোইগুল্লা।

মপল—মপাদগী মমাবগী শিজিন্নৈ। i. e. মপল পহৌ, মপল পলেম্।

† ল্লাকমবোং—নোঙ্জৌবী, ‡ লিম্না তাম্বনা—মরিংজেন থাবনা।

কোরৌ মশীং য়াল্লকলে কোনলোয় শঙায় থাদোকপা ! য়াংবল কোয়ৌ ইনোংথৌ ! পোইরৈ লমদম কুরথৈ, লম-শ্রুকপদা থম্ববনো ? থংলেন নওগী ভওহুরৈ ; মপল ঐবু থাংওমল্লে । পারী মমোম মশুংলাং নোংদম ইনবি পলেমশিং উনবি অৱা বক-চোকলাং, য়ানা চাক্লা থাওজরি, মপল পলেম ওইবীশিং । পায়ী মমোম ওইবশিং শমু নমদা চৈথেং—পী, পলেম মমা ওইবীদি হান্না চৈথেং কংজরী । থাংওমদরে ইনোংথৌ । পারী থাইনা মৈচাক্তি, য়ারা অসুম নোঙ্গনা চীঙোয় মপাউ মেনজখি ॥

লৈমা চীঙোয় মপাউদা মপাউ নৌনা মেল্লকই , নিংথৌ উয়া কোঙ্থোবা । "পায়মা সুংওস মহনবী ! পারী মমোম ওইবনা পলেম পঙ্থো ওইবগী, য়ারা করম' থোঙ্থোক্লি সুংজান য়াবু হায়রগা ; লাইজা ঈচেল অকন্বা চেন্নবনি হনথনা কদৌনোংদ হন্কৎনা চেন্নববু য়াউথিবা ?" নারা মতম ওইরভৈ মেৎনা শেমগে নিঙ্খন্বা পারী পায়মা লিম্নভাম্ কংলৈ লমবু হুল্লানবা ! * থাবয়োল লৈমা নোংজেংশ্ নিংথৌ য়ারা ভাবগা, মনিংথৌবু চিংন-য়েং ; "নপায়ীনি' † লৈমাবা !

---

* থাবয়োল— থাবা শনাইগী নিংজোল

† লৈবাকী—মপু

কোয়ৌ নশেক নঙান্না নিংথৌ সনা য়াথংনা
পায়ী নায়া থিহনসি মায়কৈ থুদিং চাইদ্রনা।”
মপল পলেম ঐহাকতি পায়ী খাইন-মৈন-কা,
থংলেন্ কয়ম্ পুশিবা! উনবি মুংদা চাকলিবা,
পুঙমন্ত্রেনে ইনিংথৌ! থিক্লেন থাবু কায়থরে।
মুজা শামু পাঙ্গল-ঙই নিংশা মরী তংলকলে।
কংলৈ লৈমা নোংজেংশ্ মত্তৌ ঙসূম তৌদ্রনা,
থিক্লেন ঙানক্ম থাক্না মিৎলু পিয়াং ঈকায়া;
লরাই শমদোং ক্ষোয়্ন-ক্ষোয়্ নিংথৌ মাঙ্দা ভুজরে;
পায়মা মাগী মুংবঙবৈ য়ায়া খোংনথোক ঙমদরে॥
থাবা উন্লেন উনগুম-ঈঙ কংলা মেনবুং নিঙথিবা,
চীক্ত চীকপা উমংগুম য়ায়া ইনিল থোক্ত্'দা;
চিবোন চিবোন ঙংবনা নিল্লে কংলা মঙ্গুংসে।
নিংথৌ নাইশিং চঙক্লে, সনা থাদা নোয়রে।
কংলা চৈরাক মঙ্গুংগী কংলৈ মীয়ামনা চোয়বা,
নিংথৌ ঙমব অঙমবা সনা থাদা পুক্রমনা;
চরৈ ঙকতা, ম্বেৎচেন রাহমজরি নিংথৌদা!
য়োই ময়াই ইনোংথৌ! করি' তয়াংবীরিবা?
তয়ম্ শিঙ্দা চয়বা তম্ব ঐথোয়' ইথৌদাং,
নপায়ীদি চিংথোং-য়ায় মৈদিংঙ্চা; নাউথিংথোং;
লয়েক হাম্বোইগুমদুনা কোনলোয় শঙ্গায় থাগ্রবা
নায়া মাব থিক্লগে: মায়কৈ মরী শীঙ্গনা।

য়ান্না অসুম নোনজ্না মহৈ মহৈ থৌরাঙলে।
নিংথৌ নাইদি মদাইরেম মায়কৈ মায়কৈ শীন্নরে।
*লৈবাক ইন্নাং য়েংবশিং কংলৈ লমঙাক থৌগল্লোয়্
মায়কৈ শীন্না চৎনরে শাপোৎ লানপোৎ থৌগল্লোয়,।
কোয়ৌ শিঙবূম কয়ানি, কংলৈ মায়কৈ পূম্বসে;
নিংথৌ নাইনা কোয়থি-থি নাউথিংখোংদি মকণ্ডদে।
পামেল উনা উপ্ন-তা, লোংনা তাবা কম্নাবু—
ইন্নাই ইনিল ফংথিদে; শেৎন-কান্না থিববু।
মতাং অসি য়োবদা নিংথৌ উন্না কোম্থৌবৈ
অহানবা মতাং লোইজ্বরে, সুংশি মচা কায়্নবৈ।

———

*'লৈবাক ইন্নাং য়েং'-শিং— য়্হো জক্টো মংমগী বাউৈৈবি সি খাহ তি হাযনরিবা অসিওবনি।

# অনিশুবা মতাং

মৈদিংগুচা নাউথিংখোং পোইরৈ খুঙগ কয়াদা কাউরেল কোন্দে 'পান্দম্লাক, তরা চাম্রো নিন-চা, কুমজা কয়া লেনখরে। কুমলাং তরাই কোন্দেবা। পোইরৈ য়ুমথোঙ থুংলক্লে, কুমশিং মঙা রাইবদা। হাউরৈ নোংপোক পাংবলম শেলোই অমম লয়শা-চীং চীংলেন নিঙথি 'খুৎলামথাম লংমাই হান্না শেম্ব-চীং মঙল তরং রাংব-চীং চোয়নৌ সনা হৈয়াই-চীং মকাইকম্‌নি চীংশোমবৈ, য়ুহা হা'নি হাদ-চীং। ঈরোক লাইচম তরেৎনি চীংশা নাপোম মাপলগা, লংমাই লংবা চীংমঙল্‌ শেলোই অমম লোকশাগা, শেলোই নীকত্রা নীকু-চীং তেৎনৌ য়োৎপী হুইথা চীং * খোইয়ম লাইফম হক্‌পচীং কোরৌ মশেক হান্ন চীং শেলোই লংমাই লোইবিসে হয়িঙৈগী মতমদা মিংলেন মথল মথেলগা খোইয়ম খুন্দা য়ামলবা কাউঙমদবা লোইবিনি। তমপা রাংঙম পাম্ভোইবী লংমাই নোংপোক অঙোবা খুদা-নবা লোইবিনি।

---

* লাইপী থুভম য়ায়া লৈবা চীং।

লংমাই কায়নৌ চীংশোম্বা নোংপোক মালং হুমওইবা,
য়োইবু তম্পা রাঙমলোন লংমাই চীংলেন ইঙ্গান্‌রা;
খাবা শোকইন্‌নব্বা খঙনি উ'নি হায়বগী
শেলোই ঈরোক লাইচম্‌দা নোংজা নিনি নোংফাইবী
লংমাই লম্‌দি লম্লুংশি, শেলোই লমদ-খুন্দারাই,
নয় চীংখোং পোইরৈতোন পোইরৈ খুঙ্গোক খুঙ্গিংরাই;
পোইরৈ লম্‌দা শিদবা রাংঙম লম্‌দা নাদ·রাই—
শিদ-নাদ থিকম্‌নি, চবমোম খাম্বী মৈহৌরাই।
শিংঙেল মখল মখেল্‌না উনবি পুকহু ঙমকবা;
লোইবি লোকমায় হেনবনি। লৈরাং মখল কয়ানা,
লৈরাং মরী নাইবশিং পামেল খাংরাই য়েৎপশিং
লৈরাং মুংঙল লৈনম্বা খোমলাং ইখৌ লাংবশিং
শিংঙেন লৈচু য়াম্বরক হীখৌ লাংবা খোইমুশিং
লৈরাং থক্তো য়াকাজৈ শিংঙেন লৈরিক চুপ্পশিং।
লৈরাং খাংয়েৎ পামেলগী উনা পুংনা শোঙলিবা,
লোইবি চীংদোল তেমশিঙ্‌বা পামেল উশা খুদিংদা
লমগী চেক্লা খোম্লুংশি চেক্লা শয়োম পৈজনা
পামেল উতোল মশীংগু খোঙ্গেল মুংনৌ খোক্লিবা
লমগী চেক্লা মশীংগু মুংঙেন খোঙ্গা খোংখৈবা
তেংবাল মহৌ-উৎপরা। চৎনরোলবু তাকপরা?
ঙসি কৌ'দি লেনখরে, চেক্লা চিল্‌ওল চন্‌জনা।
কারৌ চপনা চাক্কাবা শাগল তকাং খপলবা:

## পিতংতা

চেক্লা মথল কয়ানা খোনথোকলিবা· মুংওননা ;
মথল মথেল কয়াগী খোনজেন্‌নিদো লংমাইদা।
মপুই কোলোয় শকপরা ! মতম ওইরে হায়বরা ?
তলা পামেল চাউথোইবা খোয়মা নাপী নানৌবা,
খাবা উনলেন্‌ খাঙ্‌বনা কুমবি কালেন মনাইদা
কালেন ওললাং মতমবু নিংথম কুমবি মওইনৈ ;
নোংদোল লিক্লা মতৌনা ইঙা কুমজঙ্‌ মওইনৈ।
শেলোই লংমাই লোইবিসে খায় য়াকেল লোক্লুংনি,
কোরৌ মশেক চঙঙমদে; য়োইমযাইনা শেনকোইরি।
নোংপোক নোংচুপ অনিদা লাইজা থনবা পাৎচাউনি,
পাৎয়াই ওংবী লৈরাংশিং লাইজা থক্তা শাৎচরি।
পাৎয়ায়্‌সিদা হেনমোইবা য়েলাং য়েললি' কয়ানি,
থরো থবাল থারিকথা থেন্নুং থমংবো' থনবনি।
কালেম ওললাং মতমনা কোনবিরৈনা নৌহল্লি।
লোইবি লোকমায় লোকচপ্তা লৈপুং ফানা লৈশাৎপা
শেলোই ওংবি লৈরাংশিং রারক লৈশাৎ লৈঙাননা;
অশং অঙৌ তিনবনা ঙাঙ্‌ল নানৌ মরকতা ;
লৈরাং পরেং শিরিবা তেংবাল কনাই থৌরাংনো ?
তলা পামেল চাউথোইবা শেলোই কনাই মঙমনো ?
লৈহৌ পামবা খোইমুশিং কদাইদৈবু লাকপনো ?
নাপ্প চীক্ল ঙংলিবা রারম করি হায়বনো ?
লোকমায়সিবু হেনথোইরি শেলোই চীংশা অপুমবা,

লংমাই লোকয়ায় ইথম্বুন্ চীংখোং চীংয়া চীংলক্কা
লংমাই ল্গ্না খুন্দারি। মথোল তয়্না শাগুমনা,
য়িমলেন শাইগং মরক্কা হুলা চাউনা য়াংথোইবা;
য়িমগাক থৌগুম উবনি। পামেল মতৌ নিঙথিবা,
শেলোই লংমাই ফ্রুপ্না শেলোই হাইনা খুন্দা-লম,
লংমাই কোয়া য়িমদাবা লংমাই হীকনা পান্‌ব-লম্
অচোং য়িম্লেনবা মশাইকোন লালোই তরেৎ থৌবু-চীং
লংমাই লমদা খোঙদাজে, মৈদিংঙুচা নাউথিংখোং।
ওস্তোকপনি হাইবংপাল! য়ারে তাইবং য়া-ফদা
মথোই কারে তোস্তেকপা, খোইয়ম নত্তিক উৎপরা?
মৈদিংঙুচা নাউথিংখোং মালং খুদুং ইল্লকপা,
লংমাই লমদা থুংলরে, চীংঙু থৌজাল শোয়্ফদা॥

মৈদিংঙুচা নাউথিংখোং মতৌ অসুম ঙাউচৎনা,
য়ামৈ লাম্থাবৈ মমোয়োন্, শেলোই লমদা য়াইথুংবা,
নোংবাল লিক্লু, লৌথিবী শেলোই চনু পিতংঙা,
লাইজা ঈশোক্লম্‌ববু শংদা--নরুই থমংচা।
শাবি শানৌ অনিগী য়োইহেন মতম তাল্লকপা,
মিৎকোয় মরি থাত্রাহবা মিৎকা মিৎকা চা-নবা,
য়াউরৌ শা-কা হৈবগী ওকলেন টানা থিনগুমনা
থনুং থিৎনা শাদুনৈ, থম্মোয় থম্মোয় থকপায়া।
শেলোই চনু পিতংঙা লংমাই লোকয়াই তাম্বলৈ,
তাংলৌ লয়্গী থবানি। শিনৌ লশিং শক্তম-লৈ,

য়েংলু য়েংলু থূদিংদা চাংদম থূদিং অথোইবী,
ঈয়াই থককী থয়োনি অরাৎ কৌ'দ লৈতবী।
সুজা শকতম হায়রগা লংমাই লিকলু লৌথিবী;
শমলাং ক্বোয়্ক্ক্নবনি, অয়েং থূদিং পূকহূবী।
শয়াং শূরু মুরবা য়ায়্ য়ায়্ লাউবা শয়াংনি,
সুয়া লাইথক্ ভাবদা নিনি পান্বা থাজনি।
পিশূম্ পাগোই য়েংলুবা নোংদোল চুম্থাং 'চুমরি।
সুরা মিৎফম্ নিঙ্থিবী লিক্বোল থৌয়োই তম্জরি।
মোইকাই মিৎপাল মিৎলুকোয় য়ায়ৌ শজি পাংথরি।
শমলাং মাগী কৌরোই-ইন মুর তাঙজ-মতমনি।
শাইনোন্ ভাবা শয়াংসু মালং কৌরোই তুংইল্লি।
শেলোই চসু পিতংঙা ভাউজিং হৈয়াই ঙমজরি।
মোমসু চিন্বাল পারপ্পা শেনবি য়ারক্ তয়ালনি।
ঙক্শম্ ভোংদম পৈরয়া কোলোয় মোমোন নোকপদি,
য়োইহৈ পূমবৈ লকা-সুং য়ায়্য়া লকা তেন্বাললি।
মোমসু থবাক লিকশীরম লিকথোল চাইজি হেল্লবী;
মালেম থক্কী লোইবিনা চীংলেন থাব্রাং খিনবীনি।
সুয়া থিকলেন তুখোংদা চোয়নৌ কোঙ্গোল থিনবীনি,
কোয়ৌ মশেক মৈবদা মালেম থককী লোইবিনি।
সুরা থাংদা নিঙ্থিবী চেংদ চেংবী তনাপপি,
সুজা কৈবোম ভাবদি পুন্সুং লেমত্রা পাংথরি।
মোমসু খোঙদা পিক্তক্পি মালেম লয়দা থাংবদি,

পোমবী চেক্লা হায়ওমবী তেনরানা তমজরি।
মুজাই য়ারা অমনা শেলোই পুমণা লুরুকলে,
মুরাই খোম্বাং অমদা য়োইহেন পুমকা থকপায়ে।
মোমমু রাহর অমদা লংমাই হুপনা কোনশিননৈ;
নিঙোল মিৎয়েং অমদা রায়রা তেঙ্গিল লকথনৈ।
মতৌ অসুম শাহৌবী লংমাই চমু পিতংঙা,
ঈমু ময়োল শংতুনা পুলাং লুরোই থোংলগা,
নোংমাই ঈথোং লমদগী লয়রাই হুইশোল কারকপা;
হুমমাং লৈরিক ফোঙখিবা কোঙ্গোল থিল্লি মোমমুদা।
লংমাই চমু পিতংঙা লিকলু মুয়াম শাকবী,
মোইকাই মিৎয়েং শুম্বাৎপী য়ারা খোনদা তনৌবী
মোমমু চেংলৌ য়েংলুবা ইমুং শোয়দা লেনজবী,
কোরৌ মশেক য়েরকপা তাংলৌ লিক্লা পান্দগী॥

মৈদিংঙচা নাউথিংখোং মোমমু মাগী শক্তম-য়েং,
খোঙ্কাপ নাউরৈ কানওমদ মুজা চেংলৌ শংত্রিক-য়েং,
"পায়মা তিললাং খোয়জওবী। পাখও শমু ঈহকশাং
খামবী মৈপোক থোককুম্না পুঙমজদে ঈথৌ-লাং।
মুচা নওবু মুংওনবী। পুলাং লুরোই-খোংবসে,
মুরা লাইজা ঈহৈনা ঈথৌ লাংকা কোকনগে।
রাংদৌ লমশাং থেংলুবা কোরৌ মশেক য়েরগী
শমু হকচাং চোকথবা কোকহললুবা চওখোনমী।"
চেকলা লৌকশি থরাংবী চেকলা খোঙ্গা শময়েৎকুম

খোম্বাপ নাউয়ৈ থাংঙম্‌দ থম্মোয় লকা কামজাউহন্‌
য়াংদৌ থকতা লেপচয়ে। পুলাং লুয়োই থাদ-পম্‌,
লাইজহুবু হৈজরি; পাখং চেংলৌ মাঙদ-থম্‌।
য়োইহেনজবা নাউথিংখোং পায়মা সুংদা থনজখি,
লাইজা ঈশিং থকয়োংনা। সুজা শক্তম নিঙ্‌থিবী,
য়ায়া পোকনা পাউহঙ্গে; পলেম কনাই শিংঙেলনো।
পায়মা সুংদা থনথরে, মপাল কনাই মযোমনো।
"সুজা নঙবু পুকহুবী। লৈয়াং মতম মাল্‌লবী।
পনথৌ কনাই মশুম্মাং পলেম পিথাং কনাগী,
কোলোয়না করি কৌবনো? পাউতাকউবা নিঙথিবী।
পাখং ঐগী ইকাদা তাক্‌লক্‌উবা শকহেনবী।
ঙসি কৌবা কোয়োদা য়োইময়াইগী মশেক-য়ৈ,
য়াংদৌ লমশাং ইল্লকপা অয়া হক্‌চোক লয়্‌রিক-য়ৈ,
সুজা নঙনা কোক্‌হন্‌বি। খোইয়ম নোংদম করম্বে,
থৌজাল লনকু ফংবনো? পায়মা ঐগী সুংওননৈ।"
"থংলেন হায়না য়াহৌগে। সুজা ওইবী ঐহাক্তি;
লংমাই অচোং য়িয়েন্‌বা নিংথৌ কাদা কৃইজবি;
পলেম কোলোয় তংখাই-লৌ লংমাই সুজা চম্নুনি।
পিতংঙা কৌবী ঐহাক্রি, ইদোম তয়ক শাংচবি।"
য়ায়া অসূম মেঙ্‌জনা পাউহোমজরি তনিকনা।
"নত্তিক নঙল চাউন-উ, থংলেন হায়না য়াহৌবা।
করি লমদৈ লমথোকপা। কোলোয়' করি মিংথোলবা?

পাখং লমথোক তানবদি, পম্বুং কৈদা তানবিবা ?"
কোলোয় ঐগী ফিগৈশেং' থরায় ঐগী মিরেন-ও !
সুজা কাদা পাউদমগে। 'মোমন্নু ইনেম্ মচা-ও !
কোলোয়নৈদা নাউখিংথোং। য়োইময়াইদি ওায়কম্,
*তাউদনবগী য়েক্লানি, কংলৈ অরাক তম্নকম।
ওসি কোয়ৌ নোংসিদা য়েন্নাউগুমবা ঐহাকতি,
কায়রৈ য়েনচা পীমাঙ্গুম্ পম্বুং কায়দোং থিবনি।
পম্মৌ-রায়ক মীচৈ-কং, ইপল চৈপী চৈথেং-কং,
কাউরেনগুম্না লমথা-শন রায়থুংবনি নকমলাং !
কোলোয় ঐগী ইমিংথয় য়াইবি পুনা চেল্লিবা,
পাখং লাইবক থিবনি। থরায় মিরেল কন্নবা,
কোলোয় হোংনেম য়োইখুঙ্গাউ, মিংলেন সূম্না মিঙ্গৌনা,
সুজা মায়য়োক থাররে, পাখং থরায় কল্লুবা !
মোমন্নু থরায় ওইরবি, পাখং থরায় চেকলানা,
সুজা লাংদা খুয়ৌ-য়েৎ চেকলা পোমবী য়ুমদিন্না,
চেকলা য়াইবি কন্নবা চাক্তাকমবু থিরকপা ;
চেকলা য়াইবি, কললুকো খোইয়ম নোংদম চৈথেংবা !
মোমন্নু নওগী মিরেনথূপ সুরা হৈনা তুং-ইনগে,
লংমাই তেংনা য়িমকাগে, শেলোই নকম' সুয়িনগে।
সুরা নকম লাংসিদা য়াইবি থ্পনা পানগুম্গে,
কোলোয় ফিগৈ শেংলকউ পাখং য়াইবি কল্লনে।

---

* বিংথৌশী বচা।

মোমন্থ লাংচেং মথোকপি লংমাই লিকলু লৌথিবী,
মুন্না খোনথাং খোনথোক্ত মালেম খোঙবী লম্‌তক্‌পী,
মাই হায়রিং কদায়নো, ঙমলোই হায়রিসি হায়ঙমদা।
হয়া হয়া পাউথেমলি। মুজা মায়থোং য়েংহুনা,
মৈদিংঙুচা নাউথিংথোং মোমন্থ মাগী মথোখ্বাং,
কোরৌ ঈখৌ লাংজরি, চেক্লা * খৌরৈ ব্লাকম্বোং;
চেক্লা মাগী পান্দমলাক লেমলৈ ঙাম্বিন তককুমলে।
নাউথিংথোংগী মপাউখোল, খাংঙমখিদ্রে মোমন্থসে।
য়োইময়াইগী মপাব্রী! পোইরৈ সনা পুঙডুগী
তাউদনবগী ময়েললু! করম্‌নবু থাদোক্‌নি!
চঙ্‌লক্‌লবা ইমিরেল, থরায় মিরেল কন্‌নবা;
মুজা ইকাদা লোনথ্‌পনা, করম্‌নম্থ কনসিবা!
য়ারা অসুম .মুংদ-খল্‌ তিললাং থকয়োৎনরগা
পাখং নাকলৌ' মিৎয়েংনা পাউহনজখি মুজানা।
"মুজাই থরায় ইমিরেল! † পাখং লাংচেং মথোকপা!
ইশাবি-ও নিঙ্‌থিবা। অসি কোরৌ মোংসিদা,
পাখং য়াইবি কন্‌নবা মোমন্থ ঐগী ইরানদা;
খোঙ্‌শানবিরো! ঙমজগে পাখং য়াইবি কনজবা।"
শাবি শানৌ অনিনা ঙাইহাক পুংগোয় পাউমেল্লম্‌
তুংথ-মাঙ্‌থ হয় য়েং লংমাই অচোং মরানতম্‌,
য়াকারকপা মতৌদি শজিক থবা লিয়েৎকুম্‌

* খৌরৈ ব্লাকখোং—ন্যোম্রৌবী, † লাংচেং মথোকপা—মথোক কারকপা,

থবী অনি মতৌনি, য়াংগোই খাত্রাং মতৌগুম্।
লংমাই লীকলু লৌথিবী শেলোই চমু পিতংঙা,
মশাবিবু লোনথ্পনা পনথৌ মরান মুংদুনা,
মশাবীবু পুশিললে, লংমাই নিংঙোল কাদুনা।
কাংখলমুংদা থমজরে; য়োইখুনজাউবু থ্পচানা।
কোরৌ অসুম হৌথরে, নোংজা কয়া খাঙ্লকপা।
শাবি শানৌ অনিসে চেকলাগুমনা চিনদিন্না;
পোমবী অনি খাত্রাংনা উনবিমুংবু লিৎয়েৎনা—
অপাম পুকনিং নিংদোল-থ্ক মালং অহুই' য়াতানা,
তাইবং নমু পোংওইবৈ মুংশি পুকমান্নজনা,
নমু মপুঙ ফান-হয়্ চাউখোং হারেপ ফান-হয়্,
পুনসি তাউজিং থুমথোইবা উন্বি পুকনিং পুকহু-য়ে,
থুৎতা শুনা তুমকননৈ অচাউ লেপফা তাউজিং-হয়।
নীংথি তয়েং লৈওংনা লৈসনা মোইতা-রিবু
চিনমিয়রে অনিদি খুমু লুমথিৎ চিরোনচনবু
লৈরাং হেকমায় কাজনা মুংওন লীতিননবু
পোনবিগুম্না চিল্ওকন পায়মা পরয়্ কিশিনৈ।
উন্বি অনি লীতিননা, লংমাই তেংনা য়ুমগানৈ।
মতাং অসি য়োবদা লিকলাই রাংগোন থমংচা
নাউথিংখোংদি কৌবগা শেলোই লংমাই পিতংঙা
শাবী শানৌ অনিগী মুংশি পনথুং তান্মন্না
তাইবং য়াংলো খোঙদাবা শেলোই' য়াওং ইন্বগী
য়ুমবাল থৌরম লোইজরে অনিগুবা তানফমগী॥

# অহুমশুবা মতাং

লংমাই লমদা পাঙবা শেলোই চীংথোং ওংবনি,
অমম লম্‌শা লোকসিগী লোইবি থেংবা খুঙ্গংনি।
অচোং ম্নিয়েনবা মথুঙ্গং লংমাই মরাঙ্‌ হৌবনি,
লমকেৎ লক্ষাইনা পাল্লিবা শেলোই লংমাই ক্রুপ্নি।
লংমাই লমগী লমকেৎপা শেলোই-খুঙ্গং অসিদি,
তন্‌বা নিপা থোক্‌ওম্বা লালোই লূচিং তরেৎনি।
হুয়েল লাম্না মশিন-ওই হাইনা হুমনা পানবনি,
লোইহা তানবা শিম্থা-ওই পায়মা লিংজেল খাবনি।
কোরৌ নোংমা নিঙথিবা মশেক থাংদ' নোংজানি,
লংমাই মরাঙ্‌ হৌবশিং হাউকপ চীংশাং থেংলুসি।
লোইবি লোইহা চনগে-নিঙ্‌ খুনকম ঙাংচেং নেৎলুসি;
য়ান্না অসূম রাতান্না লংমাই হুয়েল থৌরাংখি।
শেলোই লংমাই লমকেৎপা শেলোই মরাঙ্‌ হৌবশিং
হুয়েল লানবুং থীন্‌বগা চংঙলেন ওইরম য়ান্‌বশিং,
লালোই চরৈ তনশেৎ-শেৎ পান্‌বা কৈয়েক মতৌনি,
চোংনা লাউনা হৌ-হৌ লেঙ্‌ মিৎয়েং শানখৈ তুজুংঙি।
লংমাই খুত্তা টারোণ্টা টাবাক থংনিং পায়বনি,
হুয়েল লান্নাউনরকপা কোরৌ নোংখোং তমগুমমি।

টারোণ্টাগী টাদোনশিং কোয়ৌ মশেক য়ৈবদি,
চীংসুং নোংথাং কুপকুম্না চেংলৌ মিৎপু থক্পনি।
শেলোই লংমাই লালোইশিং লংমাই লালোই অপুম্বা,
হুয়েল মরাঙ্ হৌহুনা হাউকপ চীংশাং তম্লক্পা,
নোংদোল শীননা মমবনি, লংমাই উংফ্‌ল নোংলৈকা,
নাকোং থোঙলেন য়ৈশিল্লি, হুয়েল মরাঙ খোম্থাংনা।
শেলোই অমম লোক্তগী হাউরৈ নোংচুপ পাংবদা,
লংমাই পুম্না হৌহুনা * নাদ-ঈখোং য়ৌরকপা,
নিংথৌ নাইদি অচানবা নোংবাল কাদেম শোয়শেম্বা;
কুমজা ঈ-কা লেমলৈবু পম্থিংলম্মী; শোয়নাপনা।
মকুম কুমজা লাকয়েন্তাই † খোংবাল'পিশা মীয়ৌরাই,
নোংলেন মরাও হৌবনা ‡ লেমলৈ ঙারি ভোংচংরাই;
লাইজা ঈথিল কনবরাই লেমলৈ ঙারুপ ঙাকারাই-
থরাই চাংদোল থনবনি; থৌরী মরৈ ভাগুমরাই।
লংমাই লাম্লাউ ভাবগা নোংবাল কাদেম শোয়শেম্বা,
উনবি শোঙ্কি তুজুংনা থবায় মিয়েন নোংদকা,
লেমলৈ ঙাপুম হক-তৈ মালেম লমদা য়াহিপ-তা;
থরায় নিংশা শৎহোননা শিশিন্নখি কাদেমনা।

---

* নাগ ভুরেল। † খোংবাল' পিশা মীয়ৌরাই—ঈশিং ভুংবা খোংবাল মচানা ঈশিং কৈরক্তুনা অঙাংভায়গা শিবা যাবা মতম ‡ পিরুবম্ চাউরবম্ মপুং মরৈ পায়বা ঙাশিং মরুম থুরুবা মতম।

লংমাই লালোই পুখনা নোংবাল কাদেম মাক্ত-থুং,
কাদেম মতৌ উরুবা নাদ-ঈথোং শোয়গন-থুং,
"হাঃ হাঃ হাঃ নোংবাল কাদেম নিংথৌ নাইদি অচানবা!
লাইবক নওগী খেলাইথোং শমু করম হুন্নানন্না,
অমং য়াইথোং তান্‌বনো ? লেমদৈ ঙাপুম মনম্‌কাউ,
চাঙবা য়াত্রে' ননাক্তা।' য়াম্না অসুম ঙংব-য়াউ;
শিশিন্‌নবা কাদেমবু শমু খোঙ্‌না তা-না-য়েং;
কাদেম মাবু হুনশানখি, তোংলে হায়না পুক-নীং।
কোরৌ অসি নোংদগী লমলেন মিংহুন তবদি,
মরম লমলেম মদাইমা * খোমবিত্তোৎপু কৌনখি।
লংমাই লালোই পুখনা হাউকপ্‌ লমদৈ হন্নগা,
নিংথৌ নাইসি পুসিকো, য়াম্না অসুম য়াতান্‌না।
খুনকম ঙাংচেং নেৎনবা শেলোই মন্নাও হন্ন-হৌ,
হুয়েন লান্নাউ খোঙ্গাংনৈ, নোংচুপ মায়কৈ পাংন-হৌ।
লালোই মতৌ য়েংবদি চেকলা য়োমদম পৈগুমই,
খন্নত্‌ শঙগু শয়োম-পৈ, লাঙ্‌জা শঙগু পৈগুমই,
মরেক মরেক খোকলবা মচু মখল তিনগুমই,
লেঙ-লেঙ চৎনা চাক্‌তাবা পা য়মা সুংস্রে ভুজুংই;
চীংমু চীংজাউ পদাংলা চীংসুং নোংথাং কুপকুমই।

মতৌ অসুম চৎথ্রিঙৈ শেলোই লংমাই ক্‌রুপ্পা-গু
নিংথৌ নাইদি নোংবান-চা তয়ম কাদেম শোয়গৎঘা,

---

* খোত্থিত্তোৎ—খোথিদোক।

পায়মা নিংশা শথহোল্না অনেৌ থংলৈ খাও্জনা ;
কংলৈ পুংদা থুংবগা, ম:কৎচরে নিংথৌদা ।
"মৈদিংঙু কোয়ৌ ইনোংথৌ ! নদাইরেমদি নোংবালচা,
কাদেম পোয়শঙ্বা ঐংহাক্নি, নদাইরেমগী পোয়্কম্দা,
লংমাই মরাঙ্ হৌবশিং রায়থুং পনথুং-মৈবনা ;
পায়মা নিংশা শথহোল্না শিশিন্নবৈ তয়ম্না ।
লংমাই মখোয় মথৌরাং শেলোই মাখোয় মথৌনা,
মনা থাদা রাকৎকে । নোংবাল ঐবু নৈথিবা,
লংমাই মিৎক্কেং হক্লম্বা মনা থাগী তয়ম্নি ।
শমু থোঙ্না তা-না-য়েং তয়মনা কয়ম রাকৎনি !"
মদাইরেমদি কাদেমগী নোন্জ মাকা রাহৈ-তা—,
পায়মা পিবক সুংহৌকপা হয়েন পানপাউ তাবগা ;
উনবি চকয় লকা-লেং থোয়বা পিবক সুংশাউনা—
নিংথৌ উনবি থাংঙমদে, মিহৎ কোক-ঈ কাহ্নুনা ।
ঋংলু কোয়ী ঈঙাঙ্কা চিথাল থোইকাই ক্রেংক্রেং-চোং,
কপ্লাক খুবোম শিংলিহৌ শয়েং পাথ্ক্রিক-ক্রিক তিং ;
"হৈয়া, অচ্ছা ! লাকচৈদা ! লৈবৈ ঐগী ইরবদা;
শেলোহই মিৎক্কেং চঙ্লবা ! লংমাই লমকেৎ লমাইনা !
নোংবাল কাদেম মহকপাং নিংথৌ ঐগী অচানবা,
শমু মথোত তা-ন-য়েং অহুম্লমক্ তৌবন্বা !
কটৈন ঐগী লৈঙাকলোন নাহা পুথি থাক্তনা,
ক্ষমা মমু হন্ন-য়েং চৎলম মুহিল তাকহুনা,

কোয়ৌ অহুপ কুইন-থাং থেমবা য়াবা থেম্‌লক্‌পা :
লোইয়ে ওসি লৈবাককী, লৈবাক থৌপাই শীন্নকপা।
মৈতৈ ঐগী ইশাইকোন্‌, তাকলকপনি কায়দনা,
পোইরৈ ঐগী ইরম্‌দম্‌ পোংবা তয়ানা লৈতাকপা,
*থম পীনা চৈরাক্তান 'হুগা লমকেৎ লমহাইনা,
সিংথৌ ঐগী ইদাইরেম অসুক থীনা লাকচবা!
মৈতৈ হয়েল লাগৌবা, পোইরৈ ঐগী লালোইশিং
শমু নমগী মতেল-চা ক্রং লম্‌কন্‌, থৌবশিং
পোইরৈ অথৌ লাক্লোনবা শেলোই মায়কৈ তক্ষনগে,
লংমাই উৎফুল হোইনগে, মথক মথা ওল্‌হলগে।"
উনবি অসুম তিন্নাং-ওৎ মদাইরেমদি লায়োইশিং,
তানয়ৈ শঙ্‌লেন লায়োইদা ; লাউথোকখরে ময়াথং।
"তানয়ৈশঙগী ইদাইরেম! থিয়ে লানবুং থিনগৎলো!"
য়াবা অসুম লাউ-থাকবি, মৈতৈ লালোই কৌথলো।!
নিংথৌ সনা য়াথ-তা তানয়ৈশঙ্গী 'মদাইরেম,
কংলা মেনবুং তনয়ৈ-টৈ মেনগী থোক্লেন অয়াক্তম ;
কোয়ৌ নোংথৌ শীনখরে। লৈবাক য়া-য়া লাউখরে,
তিনখ্রে ; কংলা মনুংসে—লৈশৌ থোয়বিৎ কাওয়ে।
লানবুং থোক্লেন তাবগা হয়েল লাক্ষা থৌবশিং,
খুৎশু মপা মপা-রেং পায়রে খুৎলাই শঙলেন্‌-চঙ্‌

* বারকলোর মরি
( ঐরবহুনা অংবা, পীহুনা নেংবা, চৈরাক পীনা ঠুখঙ্‌ তাহোকপা।)

চংগা চোঙ্গা কয়া-মা, লীয়ী লীরুং জেনবীশিং ;
থৌরাং ঙমদম লোইনরে, চোয়ে কংলা শক্তলেম্নুং ।
নিংথৌ য়াবা ঙাইজবা মৈতৈ লালোই কাম্বোয়াং
সনা মাঙলা লেপলরে । য়াকা ঙাইজৈ ময়াথং,
মত্তৌ অসি উবদা পোইরৈ কংলৈ নিংথৌরেল্
চেংলৌ মিৎকম কোয়িহৌ লাউথোক্লকথি নিংথৌরেল ॥

"তনবা নথোম্বু ইপাচা । নিংথৌ ঐগী ইপুকসে,
থাংঙমদরে ঐহাক্তি, কয়ম তৌনি লংমাইসে ।
থানিং অমা হোংব্রবা অথৌ লিচা হেয়শিং,
মীকোন অমা তৈব্রবা থয়াং কোনদাই লোনবশিং,
পোইরৈ ঐগী ইদাইরেম । কাউরেন লমথা শনগুম্বা ।
শমু নমগী তেনবীগুম কুং লম্কাপ্ থৌ-গুম্বা ।
তিংথং থোঙম্ চংল স্থ চেংলো শককম্ শূকভবা ।
*পোনবিগুম্বা কায়রৈশিং লংমাই পাউবু তারোদা ।"

"নিংথৌ ঐগী ইদাইরেম নোংবাল কাদেম শোয়শেম্বা,
† নাদ ঈথোং মরুদা, লেমলৈ কাগে শোয়শঙবা,
লংমাই ময়াঙ্ হৌবশিং মৈতৈ ইরম চঙ্ক্লনা ;

* পোনবি—য়ুয়া যোকপা উচেক, কায়রৈ—য়েন,
রেয়শিংনা কাওনবদা থবাঙ লৈনদবা হনবা নাইদবা অহুঙমই কাৎবগী মৈতৈ লাক্লীশিংবু প্রমাণ তৌবনি ।

† নাগ ফুরেন নদ ।

তয়ম্ মাবু লাক্লবা কয়াই মতিক লমকেৎপা।
নিংথৌ ঐগী পায়মা-সে উনবি তখা খাংগমদে,
নৈবাক থক্তা উৎলিবা থকশি নারেং হুক্তি-সে—
পোইরৈ সিদা য়েংলিবা লংমাই মাখোয়' মিৎয়েংসে—
কয়োং থুংকুম পীনবা লালোই নখোয়' কৌবনি।
থাদ্রে! তয়ম সুংজান'শা! শেলোই মখোয়' থেংনসি॥"

নিংথৌ য়াথং ঙাইজবা পোইরৈ হুয়েল লাম্থোবা,
সনা য়াথং লুদ-থোং পোইরৈ হুপ্না থৌরাংবা,
পেয়ে শানৈ থোংবশিং থোংলি লাউরি থরাউ-চি;
শম্লুপ পয়েং লেংগুমলেং শালাউ লাল্লাউ নিন্থরি।
লাল্লাউরকী লংলোইশিং হুয়েল শাকা হৈবনা—
টিমেন টাবাক থুংপায়-চেৎ শয়েং পানবু তিংলগা,
লীরী থীং-থীং থীংদুনা থোঙকাপ নাউরৈ থাংলকপা,
গুরুক-গুরুক লাউবা থোঞ্জেল্লক থুংলাই মশেল থেংনবা,
ক্রেক-ক্রাক হায়না থোম্থোকপা ক্রিং-লাউ' থোঞ্জেলগা;
কোয়ৌ থকসে নিন্থরে। নাকোং থোঙ্জাউ য়ৈবগা,
পোইরৈ হুয়েল লাম্থোবা—লালোই মরাঙ হৌদুনা,
য়াংদৌ লমদাং ইনথিবা উৎকুল নোংনৈ কাবনা;
কোয়ৌ নোংথক মমথরে। লালোই লাল্লাউ থোঞ্জেন্দি,
কোয়ৌ নোংথাক থোনগুম্না মালেম অসি নীকপনি।
ফকলৌ শিদং শোন্দুনা য়াংদৌ ফুম্না থোঙ্শাদ্রে।

নাদ ঈখোঙ মনুংদা—য়াউয়োঙমনা লোনথ্‌পলে।
মতৌ অসুম লালোইশিং নাদ ঈখোং মরুদা,
লালোই হূপ্না থুংবগা লানঙং লাল্লম শীমরে।
লাইজ ভুখুন কংখিবা *নাদ তোয়ৈ' মনুংদা,
মৈতৈ লালোই অপুম্বা লংমাই' লুম্‌না লৈরুরে।
শেলোই লালোই পুম্বনা খুনকম ঙাংচেং নেৎখিবা;
খেনলেন মতম য়েংহুনা—মৈতৈ লালোই পুম্‌বনা
লংমাই ঙাইনা লৈরকখি। হয়েল শানথ্‌প্‌নহনা,
শেলোই মরাঙ হোৎশিং ঙাইহাক পুঙোয়্‌ লৈরগা—
য়া-য়া রা-রা খোঙ্থাংনা মায়কৈ খোয়া নিন্‌হনা,
লংমাই মরান্‌ মায়কৈতম্‌ নাদ ঈখোং য়োরকপা;
পোইরৈ হূপ্‌না চোংথোক্লে। লংমাইশিংনা থুংবগা,
মকম ইখঙ্‌ খঙহৌদে, মৈতৈ লালোই' থোক্লকপা,
মোংশোংলক্তে হৌগৎলক্‌ নারকলক্তে চোংথোকনা,
লংমাই মাঙদ চপ্‌-চয়েপ্‌ শেলোই মিরেল নোংদ-কা
পরায় লাইথংনবনা, লংমাই মিরেল থাক্‌না,
থাঙ্‌গা থাঙ্‌গা থাঙ্‌য়ৈনা চুংগা চুঙগা চুঙ্‌য়ৈনা;
হয়েল অংক্‌ ফংনরে। টিমেন টাবাক টাথিনগা,
থাঙলেন অনি য়াম্নরি শ্রেং-শ্রাং-নবা খোঙ্লেনা।
টিমেন অনি' টাথিন্দা শ্রেং-শ্রাংনবা খোঙ্হোক্‌কা,
চুঙোয় চুঙোয় থেংনরি, বাক্‌-বাক্‌ লাউবা মখোলনা।

---

* নাগ তুরেল মক।

হুয়েন মমক খূদিংদা থাঙলেন নাপল্ হাইবগী
থাঙগী থাঙশোয় খূদিংনা হুইশ্ হায়না চৎপগী,
থাঙলেন ম্যাদা শোক্লবা লানলোই কনা অমগী
থাঙ্কক্ খোঞ্জেল তাবদি চোপ্ লাউবা খোঞ্জেলনি।
টিমেন টাখিল' পান্বদি জক্ লাউবা মখোলনি।
লাউরি খোংলি কনানা কপ্পি খাঙলি লালোইশিং,
আঃ ইঃ ওঃ অচচ্ছা! ইমা— হায়না কপ্পশিং;
লানলোই মশীং য়াম্বনি পোইরৈ শেলোই লালোইশিং।
ল'মাই লুয়েন ককলবা শেলোই হকচাং কয়ানা;
ঈঙাং ফি্-ফি্ ঈফ্ৎ-হৈ। লোংনা চেপ্না হাইথবা,
লাইজা থকতা তাবনা জম্ হেকতা ময়াউবা,
মালেম লয়দা তাবনা ধম্ ল্যাউনা তুথবা,
ঈঙাং ঈমু ময়ক্তৈ শেলোই কয়া লিৎখিবা,
পোইরৈ লংমাই অনিগী— হুয়েন লানকম অসিদা,
লংমাই লোংনা তাবদি পোইরৈশিংগী মথ্‌ত্তা;
খোইয়ুম নোংদম ওইবরা! শেলোই মমায় ল্কখরে,
চীংঙ্ পোশীল থুংবরা! লংমাই মতোল লোমখরে।
লংমাই পোইরৈ লানফমগী মতৌ অসুম লাল্লোইবা
শেলোই লংমাই লালোইশিং পোইরৈশিংগী থ্ৎকক্তা;
ঈমু ঈঙাং ঈয়ীচেল্ মৈতৈ টাখিল্ থাঙ্যান্দা।
ঈঙাং ঈচেল ঈচাউনি, নাদ ঈখোং লাইজদা।
খেনলেন মতম অসিদা হুয়েন অসিই লানশোক্তা,

লংমাই তরা চেনখরে। অচেন খংলৈ হৌছনা;
হুয়েল মমায় লৈছনা— শাথ্‌প লোনথ্‌প মিৎলৈনা,
অচেন খংলৈ য়াঙ্‌খরে। মরান শেলোই তমছনা;
লংমাই লালোই লানজেনবা— মরান শেলোই থুংবগা,
পোইরৈসিগী লালওংবু শেলোই থুংনা পাউদমবা,
লংমাই অমুক মরাঙ্‌-হৌ লংমাই হুপনা কারকপা,
মাঙগী লালহৌ মভৌগুম লীরী লীরুং নাক্ত-য়েপ,
থাঙশাং চংঙোয় থুৎপায়চেৎ লুরাইতোন্দা পাক্লোয়-উপ,
টিমেন টাজিন মাঙ্‌লম-ইন চংঙনা শমু হক্‌-খল্লে।
হুয়েল হন্‌না থৌরাঙ-শেম্‌ লংমাই হন্‌না লানগারে।
মতম অসে ওয়োকয়ে! লংমাইশিংগী মরাইবক্‌,
মৈতৈ খুৎতা মায়থি-ক্ষং হন্‌না হন্‌না ঈঙাংথোক্‌,
খাঙ্‌বা ঙমদ্রে লালোইশিং মরান তন্‌না মায়ওল্‌লে;
উনবিন্নুংদা কাচক-হৌ তকলৌ শিদং শরীরে।
ক্ষরে, মৈতৈ নিংথৌ-ও! তাইবঙ্‌ নোংশা পান্‌সিদি,
ঐনা হেল্‌লে মচৎপা নমু পোংবৈ লমচৎনি।
লংমাই ঐথোয়' খেলাইথোং কোয়ৌ নোংমা লাকখিনি,
মতৌ অসুম খুদুম-শীং লংমাই মরান তমন্নখি।
পোইরৈ লংমাই অনিসে লাংগোই অনি লানখেংনা,
লোকশা অনি খাত্রাংনা নোংলেন অনি থাক্‌না;
লাইবক খেনলাই য়েংখিবা, লংমাই পুম্‌না খুৎথেক্লে।
পোইরৈ খুত্তা লংমাইতু, শেলোই হুপনা খাচীক্‌নৈ।

মতৌ অসূম খাচীক-থৈঙে, শাবি শানৌ অনিসে,
পুনশি পম্মুং য়ৌনসি, পরয় হোঙ্লা থংনসে;
য়ারা অসূম কোলোয়না শমলাংতোনবু নান্নরে।
খজাই লেংঙন চপ্‌চনা তাঙ্‌জগুমনা লিয়েংলে।
অচোং য়িয়েন মরানম্মুং লংমাই লীকলু কোনলোয়দা।
লংমাই লালোই পুম্বদি পোইরৈ হুয়েল মতৌদা,
পায়্‌মামুংদা কিশি-থম্‌ উনবি থম্মুং কাউঙমদা;
কোয়ৌ অসূম মহৌনা লোইদাম কয়া লানখরে।
কুমঙন মথং লাল্লক্‌লে, অদুম্‌ ওইন কাউঙমদে।
পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌগী লাক্‌চ খুত্থম মতৌদা,
করোং খুংকুম ত্তানঙম্‌গে লংমাইশিংদি কাউঙমদা;
পায়মা-মুংদা থন্‌জনা মিংকূপ য়াকা য়েংলকপা—
শিংঙমখিদ্রে লমনসে, ঙাইনা লৈখি অচেংবা

মতাং অসি য়ৌবদা মৈতৈ শেলোই অনিগী
রারম মতিক অরূবা হুয়েল লানথেংনবগী
তাংকক্‌ক্ষমদি অহুমগী য়েক্‌ন মায়রোং য়াবগী
অহুমগুবা মতাংনা পংখৈজরি তাংকক্‌কী ॥

—— — —

## মরিশুবা মতাং

শেলোই লমগী লংমাইসে লংমাইসিগী শেলোইলম,
পোইরৈ নিংথি খূৎলামখাম্ শেলোই সনা লোইবিলম,
পামেল মিংথা নাইবশিং শিংঙেল মথল করানা;
লোইবি লমসি' নৈতেংবা শুমহৎনৈনে অউবা।
চীঙ্খোং চীংয়া ওংন-পাল্ লংমাই' কোয়না খুন্দাবা,
লংমাই ফৃরুপ পুমবদি কাউঙম খদে. মপূকতা।
কোয়ৌ অস্নম হৌখিবা মুম্বিৎ শিঙবুম য়ামূলকপা,
খোইজু খাম্বী চাক্মলে. লংমাই মৈপোক খোকপদা।
পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌরেল চা-দা নাউ-দা করাদা,
লম্মন শিংগে নিঙ্বনা অচেংববু ঙাইরকপা;
ফংখিদরে পাউনিনখোল্, ঙমখিদরে তকশিনবা।
মৈদিংঙ্গী মতিক্তা লালোইশিংগী খোয়াংদা।

কোয়ৌ নোংমা নিঙশিংলক লংমাই ফূরুপ লমকেৎপা।
শেলোই চম্নু পিতংঙা, লীক্লু মকাদা মুয়িনবা;
মৈদিংঙ্ চানি য়োইখুঞ্জাউ। হোঙনেম মফম লাংসিদা,
মপল করোঙ. য়ারক-য়া লনখুমলসি য়া-তান্না;
লংমাই হুপ্না খুনগারে। অচোং মশাই কোনহুদা,
শেলোই পূম্না হো-হো-চোং শঙ্গেং ক্রক-ক্রক তিংহুনা,
শমু মথা ক্রক্-ক্রক্-চাক্ মিৎকম কোয়ী হৌদুনা;
অচোং য়িমলেন' কোয়্রবে। শাইগং নাত্তা লেপ্লুনা;

"মচল য়েংনা পাউহোমখি, কোক্ষৌ নোংখাক খোনগুম্মা,
ইমোম চন্নু লৌথিবী! লংমাই ঐখোয়' য়েরুবা,
পানবা কৈরেল তমলিবা নিংঙোল নকা' খুপচানা;
খম্নি তারে ঐখোয়না, ইমোম মঙ্না নাউয়োক্না।"
লংমাই অসুম মথিনাই চীংশাং পনগা লাউহুম-লাউ,
তাউবা কাঙদেন খুত্ত-শু শুকমু লেংথোং নাবা-য়াউ,
টিমেন ঙানোয় চোংগুম্না থাঙ্লেন খেয়াং থাংজুনা,
শাইগং কোয়্না পাউমেল্লে, য়াইবি কলহৌ নীকতুনা।
"অসি কোক্ষৌ অসিদা লংমাই ঐখোয়' য়েরুবা,
শেলোই ঐখোয়' ইথৌদাং মফম কৈদা লোৎপ্রবা?
শেলোই ঐখোয়' ইঙম্শা, কদায়? পীয়ো! তাক্লোনে।
শমু মাগী মহকশাং মচেৎ মচেৎ খাইদোককে,
পান্বা মাগী মথয়ায় হোঙনেম মাগী য়াইবিসে
লংমাই ঐখোয়' ইখুঙং মথোং' থোংনা লাক্লি'সে;
মপল নিংথৌ য়ায়ক-য়া— য়ায়ক চৈথেং পীঙমগে।
লয়াই শমলাং য়েৎলগা থাঙ্লেন হাইমন্নয়গে।
ইমোম নোংবাল পিতংঙা! লংমাই তেংমা য়িমকাবা,
ননেম্চা লোকয়ি শেলোইনাই ইমোন নকম' মুয়িনবা,
মৈদিংঙ্চা য়োই খুজাউ; মপল নিংথৌ কোম্বোবা,
মৈতৈ নিংথৌ মশুংলাং—ললশিংনগে পীয়োদা।
লংমাই করোঙ খুৎখুম্না, শেলোই লুখা থা-নগে,
মপল হুয়েন লাক্লাক-ওই লংমাই তেংনা খুমলগে।

মকম কয়ায়' লৈবনো? লংমাই চেংলৌ হেন্নগে,
তাক্লক-ও-কো ইমোম্ও! শেলোই তাঙজা পাক্লগে।"
য়ারা অসূম ঙুং-ঙুংঙং শেলোই মিৎকম কোরী-কা,
য়ারা ইনিল পুম্বিলনিল্ লংমাই চমুই মকাদা;
ঙংলকখিবা খোন্জেল্দা; লংমাই মমোম পিতংঙা,
পায়মা উনবি তপ্চবী পাউমেনজেনে মেঙ্জনা॥

"ইপল শেলোই অয়াউবা! ইছু লংমাই অথৌবা,
শেলোই চৌংশাং পনগা-লাউ তাউবা কাঙ্দেন শূরীবা!
নমোম য়িয়েন শাইগং-কোয়্, ইপল শেলোই নখোয়গী,
মাকলৌরেম্নি য়োইখুঙ্জাউ; শেলৌরেমদি লাইরেম্নি।
লাইরেল মপল মৈদিংঙু, নিংথৌ উরা থৌরাংদা,
লংমাই লানগা মাঙবগী হুয়েল পাউসু থারুদা,
ইনেম-মচা অসিবু ইপাম শেলোই চিন্জাক্নৈ;
হুইক্রগুম্না মপোপ-চাউ লংমাই য়ুনা-নারেক-চৈ।
করি রানো ইপলশিং! উন্বি নখোয়' মুংশাউবা;
ঙাইহাক পুংগোয় তপ্পিখো! পীথাঙ ওইবি নমোম্না,
পাউমেন্জবা তাবিখো?" য়ারা অসূম শোনমোইনা;
মপলশিংনা পাউথেমজে, ঙক্শম তোংকম পৈরথা।
শেলোই চমুই য়ারা-তা লংমাই মরাঙ্ হৌবশিং,
উনবিমুংবু খোয়থিৎনা য়ারোই-য়ারোই ঙুংঙুংঙং,
চীংলেন নোংলাউথীগুম্না থাক্লা থাক্লা লাউরক্পা;

লংমাই চীংশাং কীন্থগুম্ ঙংলকপনি মমোম্দা।
অহুম-অহুম ওইনমক, লংমাই চম্মু লৌখিবী—
য়াবা খোন্দা পুকহুৰী পায়মা উনবি অতপ্পী,
মপল য়াবা খোয়দৌ-ফা মিৎলু পিরাং ঈহৌনা;
য়াবা মতেক খোন্থাংদা পাউমেনজেদো হীক্চনা॥

'থবায় ঐগী ইমিয়েন! মুজা ইকান্দ শাম্পূপ্পা,
ফংলৈ চাদি য়োইখুঞ্জাউ; ইবুং লালোই নফমদা—
লঙ্জ করি মরানগী করোং থৃৎখুম তাল্লিবা?
পায়মা অসি ওথক্নৈ মুজা ঐবু ওক্লেদা?
ইপল লালোই পৃম্নমা! ইদু শাংকা থেনাবা!
হুয়েল মরাঙ্ হৌবদা শমু পাংগল্ মরেং-তা,
নমোম ঐনা য়েংঙমদ্রে। ওরা হবচোক লাংববু;
উনবি চনিঙ্ ফাবিখো ঙাইহাক পুঙ্গোয় মরুমবু।
অসি কৌবা নোংজাদা থবায় ঐগী ইমিয়েন,
ইপল কাদা থেনবনি—লোকমায়থক্তা হাপ্পথেন্;
ইপল মাঙ্দা কৎকনি। ইপলশিংগী শারম-থোক্,
করি তয়াংবিবনো? অহুম অহুম ওইনমক!
থবায় ঐগী মিয়েনবু শিংঙেল করম শেৎসিবা?"
নমোম চেংলৌ ইশক-য়েং ইত্তু পাথং অতেংবা!
তিললাং খোয়দৌ নেম্বি-ও! "ইপারীমু মশাঙ্গে,
কোলোয় ঈপাউ তাবিও। ইমোম্'মমু মক্ইদে।

নমোম লেম্বা শায়েংকায়্ *লোক্লৌ তবোপ কায়গুম্বী,
†হাউশি থূদোপ মল্লাইবী. হাউমন লাংনা কেমরাইবী,
শেলোই নখোয় নমোমবু ঙাইরোং তংদনা লৈ-শাবী ;
ওইরগনি নমোমদি শিংঙেল ঙননা কেম্লবী।
লৈরাং করম মন্সিবা ? তাউজিং চাদ' য়াকুম্বী।
নমোম লিকলু ঐহাকপু লাইরেল ইপারী' শাত্তরি।
ইমোম' তমফা রাংঙমবু ফ্য়নত্রিবী নমোমনি।
*শিংঙেল ‡চু থাউসিন্থ লৈরাং ইরাক চামদরি।
‡য়ারা শুজা নমদরি, তিকতা লাইকোয় থোংদরি।
অসি কৌবা নোংজাদা থরায় ঐগী মিরেনবু,
থেন্দ্র কদ্র' নোংজা-ওই। লংমাই চন্থ নচলবু;
য়ারা অনি মরিনা ‡পল কাদা থৌনিগে;
লংমাই শানৌ ইমোমনি লনকুবিয়ু চানব্যনে"।
শেলোই থুয়া লৈখোং-পায়্ য়ারা অসূম পাউহোমজে,
মালেম লয়্দা ওম্ন-থোই শন্নাং মাগী ফাকেননৈ।
কায়নৌ শমজি শম্বুলথোক পিরেম চাইজি হোজবা ;

* নীংবা কায়জরণী ঐগুম্বী। † তিংথোনা কোন্দুনা থূদোপ শারগা চাহাক্ত শায়রগা লোইবগা হন্দোকপদ্ধগুম্বী।

‡ ঐহাক্তি অংল থইত্রিখনিনা মুচু মুখেল মাজদরি, নাহা ওইবগী হোনখী মতৌ মরেং তাজত্রি।

‡ হকচাংদা য়াবা শুজা নমগুম্না অংল ওইরক্লগা শবা হোনবা নমথিবা মনমহ নমদরি, অদুগা ই মায়দা মায়হিংগ চিংবন্থ কাদরি।

রা-চা-নদে শেলোইশিং মতু লংমাই' পুনেম্‌বা।
লংমাই চমু পিতংঙা, শাবি মগুং লাংগীনি—
থরায় মাগী মিরেন্‌নি, পায়মা মুংদা খনজরি।
লংমাই মবুং য়েংজনা হীক-হীরুবা খোন্‌থাংনা;
মপল্‌ খাদা হন্‌ন-ভু পুনেমজেনে পিতংঙা।

"লংমাই লিক্রু পিতংঙা নখোম ওইবি ঐহাকী,
হাউদৈ য়ারা থুমথোইবা লৈ-য়ু হক্‌না হাউথোইবী;
রাংলৈসিবু থকপিখো। শেলোই চাদি ইপললশিং!
নমোম' য়ারা অসিবু চানূবিরোইদ্রা ইপললশিং!
শেলোই নঙগী লোকয়ি-নাই লংমাই তেংনা য়িমকাবা,
পুনশি পনথুং তান্‌নগে পায়মা মুংদা খন্‌বনা;
পুনশি লমদাং খোংদিল্লুই। নোংজা কয়া লৈমন্‌না,
নমান উনবি ফাজগে; অসি কৌবা নোংজদা।
লংমাই পানকফুক নিঙপাকপি খাম্বী থক্তা খোংচুনা,
তরা চাখোম হুক্‌মন্‌না চরৈ মচেং খাইমন্‌না;
য়ারা অনি মরিনা উনবি পুক্‌নিঙ ফারগা
থমথিগেকো ইপললশিং; মুরা ইশাই-কোনসিদা।
খোংরাই মতম অহুদা শেলোই ইপল নকাদা,
লংমাই নখোয়' লালোই শা শেলোই'সিদা মুয়িনবা;
লংমাই'সিদা য়িমকাবা য়োইখুঙ্গাউবু শিন্‌নগে।"
য়ারা অমুম পাউথেম্‌না হাউদৈ থরুং পুপোকলে।

পানকফুক নিঙপাকপি—হাউপাল মচৌবা। মুশিং—মুঙ্গাউগী।

মতৌ অসুম পিতংঙা লংমাই রাংদৈ খুনদা-যু,
শেলোই চন্থুই লৈজবা শাংথাঙ্ থনফে নানম্-যু;
য়ুঙৌ পুন্জা ওংকবা পুলাং কয়া পুথোকচৈ।
লংমাই মহুই মকম্লাং হাউদৈ য়াকপা হোন্দোকচৈ।
লংমাই লালোই পুম্বাদি রাংদৈ শংশং উবগা,
তিললাং ঈচেন্নবনা হয়াউ মথোই তোংহুনা,
থরুং নাক্তা চেনশিননৈ। হাউদৈ থরুং সুংহুদা,
শেকনৌং য়ৌনা চণ্ডিংবা ভোংজি থুদিং মচিন্না,
লংমাই পুম্বা ভাইবঙুম কোয়ৌ মাইয়োক থারিবা,
লালোই মথোই কাবশিং ভাপ্-ভাপ্ হেক্তা পায়দুনা;
থরুং নাক্তা কনথরে চিংলে হাউদৈ অয়াকপা,
নিংশা খিংনা থন্ন-চিং লালোই পুম্বা মথোই-কা,
রাংদৈ য়ুপিং হৌবনা মিৎকপ কোয়ী কাবগা;
য়োইখুনজাউবু থৌরক্লে—মহু লংমাই য়িমকাবা।
মতৌ অসি থাংঙন্দা শেলোই চন্থু পিতংঙা,
মহু লালোই মকমদা পাউংহানমনজে মেঙ্জনা॥

"লংমাই পুম্বা ঙাইবিখো! ইহু শেলোই ইপা-চা!
মোমন্থু থয়ায় ইমিরেল লাইরেল-ঐগী ইনেম্চা,
সুংশি ঐগী তংহুরৈ— ইপল ফৈরা তাজিন্থক্।
লম্ওক্নবা লাইরেন্নি ইহু য়োকলৌ তুচিন্থক্।
পায়ন্থু পয়য় অচৈংপা সুংশি খৌকাউ ওমদকা,

মোমস্থ খাংচেং অহানবা লৈৱাং হান্না খণ্ড্নবা;
অসি কোম্মৌ সুমিৎতা শিংঙেল মাবু শেৎন-ৱা,
লৈৱাং মাবু খাইনবৈ নহু করম খাণ্ড্সিবা?
ইপল পুজেং কোক্প-ৱৌ পানফ্ক পান্কোয়লৌদগী,
তাংখুল পানবী নিঙপাকপি শারেল ওইনম ফ্সুংগী;
শুংদাই ফ্ৎনা য়োয়ৎনগে।" ৱারম অসুম নোঞ্জনা,
লংমাই লিক্লু পাউমেঞ্জে; মহু শেলোই লংমাইদা।
নোংবাল চম্নু পিন্তংঙা শেলোই লিক্লু লৌথিবী,
খোয়বুং মরৌ চাউজনা মশাবীদি হোণ্ড্নেমগী—,
থৌদু খুৎপায় থোংফবা চেঙজা সুঙ্লেন অপিশা,
লাইজা ঈশৌ লাংহল্লে শীংবী মকা লামহন্না:
লংমাই লিকলু লৌথিবী পায়মা মৱৌ তৌরিবী;
ঙাইহাক পুঙ্গোই ফ্ৎচবা, মিৎয়েং তোরান্জবী;
মতৌ অসি উবদা লংমাইশিংনা ৱাহমথি॥

"মতম অসে হক্মৱে, কুইরে শাংলে মৱনি।
য়াৱা অসি তাবদা "ইহু লংমাই ইপলশিং,
ঙাইহাক পুঙ্গোয় ঙাইবিখো; তাংখুল পাম্বী সুন্দরি"—
য়াৱা অসুম খোন্থোক্না লংমাইশিংদা মেন্জরি।
হাউদৈ তন্হৈ হৈজনা য়ুপিংহল্লে শেলোইশিং।
লংমাই চম্নু নিঙথিবী মপল মোংবা নিংঙ্গাল-কা,
লাইরেল মনেম মচানু চেংলৌ য়েংনা তোয়্নবা;
য়োইখুঞ্জাউদা পাউহোমজে, মোমস্থ খোয়মা ঈহৌনা।

"লাইরেন নঙবু তাবিয়ু! মুংশি ঐগী কাউঙমদা!
নরুম নোংবাল ঐহাকতি ইপল রারক ঙমদরে,
শেলোই লংমাই লমকেৎপা, ইত্রু থোখাম ঙমদরে।
অসি কোরো মুমিৎকী লাইরেল নঙবু ইনেম্-চা!
শিংঙেল করম শেৎননা লৈরাং করম থাইসিবা!
ইপল শেলোই মনিন্নাই লংমাই মরাঙ্ হোৌবদা,
অরাং কোরো *নোংয়িঙ্কেক চেক্লা মতো লোতুনা;
করম পাইনি মুংবংই। মোমনু ঐগী থৌরাংনা,
মুজা ঐগী ইঙম্দম্ মতো করম তৌশিবা!"
মশাবীদা রাহোমজৈ, মপাউ অসূম মেন্জনা।
মোম্নু লৌথূপ ফোংজরোই, "মোংবা পরয়্ হোংলা-থৎ
ফক্লাং লোঞ্জা মত্‌ই-কাঙ্ য়িম্রেন শাইগং পোনবু-লিৎ,
শেলোইচীংশাংনাপোম-শম্ লাইরেল পল্লিৎপিখরো!
তুবি ওক্রেন তোমচৎকুম শেলোই পনচোংবিখরো!
কংলৈ নঙ্গী ময়ায়্রেন লাইরেন নঙগী নপল্লম্,
রাইথুংলুমু ইথংলেন! হাউরৈ খানা পাংব-রম্,
নোংয়াই খুমন নিংথৌলম, অদোন পুল্সি মকাইক্ষম;
রাইথুংবিরু ইশাবী। খুমন মাগী মরমদম্।
নশানৌদি নোংবাললোন্ শেলোই চনু ঐহাক্‌তি,
নমু মীয়াম তাদ-লম্ তাইবং চৎন-খঙ্দ লমগী—
তেৎনৌ পাথাং থোংদবী মুজা খোয়মা হোংদবী;

* মোংয়িন কৌবা উচেক।

পাৎয়ায়্ থরো লৈরাংগুম লৈরাং ভোমশাৎচবীনি।
পন্থৌ ইপা পোক্মাবা পান্দম্ ঙমখৈ খঙ্দবী,
পলেম ইমা পোকমাবী ইপল মানা শাইওনবী;
মুজা লাইবক থীবীনি। হয়েং তুবি নহাক্না,
লাইরেল উনবি কাউবিমু, ফম্মোই-মিৎতা ফম্বদা॥"

রারম অসূম মেনজনা মুংশি *শমু লেঙ্গোন্না,
পুমুং কিশি থোকনজৈ। খজাই লেংওন চ্পতুনা,
মুংশি মাইয়োক থা-নরে; পুমুং হৈরু হুকপিরে।
ঙকথি লুমলাং কোনজনা লৈচু থাউসু তৈবিরে।
তাইবং পুনশি রাকাউদা মুংশি থোরম কয়ানা,
পুনশি লমদাং পাউয়া-না মল্লৌ লেংহুম নাইহন্না;
পাক্লোই শলাই য়েৎপিরে। "লাইরেল নঙবু তাবি-ও!
হয়েং পোইরৈ রাকাউদ' শেলোই পনচোংবিরোকো!
থংলেন নঙগী পিতংঙা মুংশি পূক্নিং রা-কাউদা,
লোইদাম থাজ থাশি-রা, লাংহৈ কুমশিং কুমওন্দা;
থংলেন য়ারা ঙাইজগে" য়ারা অনূম রাহমজৈ।
নোংবাল লিক্লু লৌথিবী' চেংলৌ য়েংনা শানখৈজৈ॥

মুংশি ঈথক' য়ৈরবা য়োইখুনজাউগী মথম্মোই।
পিরাং ঈহৌ-নজনা; শমু তনিক্ তনিক্ই।
মুরা মাগী মথাঙ্নপ শমু খূৎনা কিবিরে।

* শমু—হকচাং (মীওইবগী)। ফম্মোই-মিৎতা—ফম্বাদদা।

চেংলোঙ্গবু চিংন-ক্নে শমলাং ত্তোনবু নান্‌থিরে।
"সুংশি অত্থু লৈগুম্‌বী" য়াব্বা অসুম খোশোকচৈ,
তমপা মিৎকোয় পিরেম-হৌ পোনবিগুম্না চিল্লোকচৈ।
"লাইরেল ঐসু য়াকাউরোই, সুংশি নংসু কাউকদে।"
য়ারম অসুম মত্তোল্লোম ফকলাং লোনজা কাও্‌জরে।
পরয়্‌ হোংলা থংতুনা হোঙ্‌নেম পল্‌লিৎ থৌরাংলে।
সুংশি মত্তো হন্ন-য়েং য়োইথুঙ্গাউদি কলহৌ-নীক্‌,
* মরুম্‌ য়েংনা হায়রকই "নোংবাল নঙগী নপাউত্তাক,
পায়মা ঐগী তথক্রে, হোঙনেম করম ইন্‌শিবা!
তন্‌বা নিপা খোত্ত-না ইমুং †ককক্লাং থেঙ্গোইবা,
য়াউরৌ পান্‌দম লৌতুনা সুংশি য়াব্বা ইনশিব্রা?
হয়েং পোইরৈ চাদোন্‌না য়াংঙম শূদোন ত্তান্‌বনা,
লাইরেল ঐবু অয়ম্‌বা, হোঙনেম ঐবু শোনমোইনা;
ত্তাইবং হূপ্‌না ওাঙ্‌নবা—নোংবাল নঙদি খন্‌দবা?"
হোঙনেম য়াব্বা' ত্তাবগা শেল্লোই চমু পিতংঙা,
উন্‌বি মুংবু পিং পিং-চোং মশাবীদি হোঙনেমগা,
মত্থ লংমাই লমকেৎপা অনি 'সিগী মরক্‌তা,
থৌদ্থ কূনা চপলবা হা-দু ওইরে, তশেংনা।
তনিকচবা থোনথাংনা হন্‌না হন্‌না পাউমেনজৈ,
"মোমসু য়াব্বা' উনবিসুং' লথনরুসু পাউহোমজৈ।

---

* মতালোই। † অহিংবা কল্লাং মথাং। লোয়া চৎপা হুই নত্রগা উত্তিল, উচিগু। 

ইশাবী-ও! লাইরেনচা! থংলেন রাকাউ-কদবা! মতম অসে থীন্‌কত্রে।" য়ারা অসুম মেন্‌জবা, মপাউখোনবু তাবগা খিংলৌ নিঙ্‌না তেত্নুনা, কল্লাং লোঙ্গা মতাই-কাঙ্‌ মোংবা য়িমলেন হুল-লাম্না পরম্‌ হোংলা থংলগা হোংনেম খিংলৌ পঞ্চোংলে। য়িমলেন শাইগং পোল্লিংনা শেলোই রাংমা লানথরে। শেলোই চসু পিতংঙা লাইরেল মাগী মতৌ-য়েং, মিংয়েং শানখৈজখিদো সুংশি শক্তম চিংন-য়েং। নিংশা ক্‌ইনা হোনহুনা পামমু শককম সুংদ-থম্‌, তথক্‌ তথক্‌ য়েংজৈদো, সুংশি য়াংদৌ মিংমাঙ্‌থম্‌। শাবি শানৌ অনিগী খাইন মতৌ অসিবু, য়েংঙমত্রবোই ইসুংনা, শেলোই লমদম অসিবু; য়োংশিল্‌লগে মতানি থরায়ে নিংশা পানবসু, হৈরাং লৈরাং পুমবসু, তলা পামেল খুংদিংসু। য়ারা ইনিল খোনথোক্ত অমুং চরৈ কুপতুনা তাইবং থরায় পানবশিং অরা' শরুক য়া-মন্‌না থাঙজৈ য়েংজৈ মতৌসে ভুংদা করি থোক্‌কবা? রাংলেন মিংকুপ মসুংদা লমগী চেকলা পুম্‌নমা চাক্‌তারুবৈ হল্‌ল্‌কপা শাগল ভুকাং থপ্‌লুবা, মহুম সুংদা য়াকাবা চেকলা মথল পুমবনা, পুকনিং শোঙকী চঙ্‌নরি মতৌ অসি য়েংলুবা। য়োয়্‌নজবা লৈয়াংশিং, কোয়ৌ লোংজা খুদিংগী

য়োয়ময়ায়দি কোরৌহন নোংচুপ লয়্খৈ থেংবগী,
অরা মৈচাক থাঙ্জবা লৈরাং মখল থূদিংস্থ,
লংমাই চন্থই অরাবা থাঙ্মিন্নজে মখোয়স্থ ;
ইন্থং কোরৌ অনিনা ওন্না-ওন্না চৎপগুম্।
ইন্থং' লৈরাং খিবিক্না থাজ' লোয়ন' হরাউগুম্,
ইন্থং চেকলা চাকতাবী চেকলা মখল কয়ানা,
তৌরিবা মতৌ' উরগা য়োইহেন অনিই মতৌদা,
খোংলি, তাক্লি, হরাউরি তাম্তাম্ কু-কু খোঞ্জেলদা
মতৌ অসূম চীকলিঙৈ অসাইঙৈগী শেলোইশিং,
লংমাই য়ুপিং হৌবশিং চীংশাং খোকলোই হৌবশিং
য়ুপিং ময়াই লোইবগা টিমেন ঙানোয়্ চোঙ্লক্লে,
চুঙলোং ঙক্তা হূক্ররে ; থাঙলেন খেরাং থাংলক্লে।
লংমাই অচোং য়িয়েনবৈ থোঙলেন নাতৈ কাঙ্খরে,
চার মথোঙ লয়্ন-হাং লাইরেল শমু ফংনগে ;
ইনশিললক্লে শেলোইশিং। য়োইখুঞ্জাউদি উদরে।
মতৌ অসি উবদা লংমাই থামবী মৈহৌরে ॥

"শেলোই লিক্লু লৌথিবী ! ইমোমনোংবাল পিতংঙা
লাইরেল নঙগী ননেমচা, লংমাই তেংনা য়িমকাবা ;
শেলোই ঐথোয়' য়েক্নবা মফম কৈদা লৈবনো ?
ইমোম নঙবু থ্পকস্থ ! লংমাই ইকম' পাউতাক্লো।"
মারা অসূম পাউহোমবা লিক্লু মুয়াম শাফবী,
মমোম নোংবাল পিতংঙা লিক্লু মানা পাউখুম্মথি ;

"ইপল শেলোই মনিন্নাই! নমোম লিরু শাফবী;
ইহু মরাঙ্ হৌবশিং! য়ারা করম পাউখুম্নি।
চীংশাং খোকলোয় হৌহুনা, থাঙলেন খেরাং থাঙ্হুনা;
টিমেন ঙানোয় চোংগুম্না তাউবা কাঙদেন শূবনা,
লাইরেল মানা তাবগা শেলোই পনচোংখিরৈনি।
নমোম ঐস্থ খঙলৌদ্রে"। য়ারা অসূম পাউহম্খি।
মতৌ অসূম খোনখোক্তা হেকঙাই মপাউ চাউবদা,
শেলোই পূম্বা তক্শি-শোন-ময়া ক্রক-ক্রক চীক্তুনা।
অচচ্চা! লাকচে য়োইখুঞ্জাউ! য়ারা অসূম ঙংনরে।

শারেল নোংশা' খয়াক্তে য়াউরৌ শক্তি নাম্থোকখ্রে।
পান্বা খূৎলাক তমগে-নিঙ্ শমু খূজীল তুমজ্ঙলে।
শয়েং পানবু তিংহুনা লংমাই মরাঙ্ হৌখরে।
শেলোইপূম্না কোয়্রাঙ্-লাঙ্-লংমাইহূপ্না কোইথি-থি,
ঈরোক লাইচম খূদিং-য়েং চীংশাং নাপোম খূদিং-থি;
লংমাই য়ুম্বুম খূদিং—চঙ্ হোঙ্নেম মাবু থিরক্পা,
লাইরেল হুয়েল নানথিরে। খোয়ম্না নাশোন য়েংহুনা,
খামবী মৈবূল খূত্ত-পায় অহিং ইমুং শোয়-য়াইমা,
লাইরেল মাবু ইনপ্রান্বা শেলোই চীংমৈ শমহুনা;
*লিনরাই তুখুন নমদ-হুন মোংবা †তুয়া ইরুক্লে।
মাক্তিং লম্বু য়োবগা হোঙনেম ফংলোই শোনমোইরে।
মতৌ অসূম তকশি-শোন লংমাই মরাঙ হৌবশিং-

* লিনরাই—ইরিল তুরেল। †তুয়া—তুরেল মপান।

কনজাউ মৈপোক থোকতুনা শেলোই মথি নাইবশিং.
শক্সেং পানবু তিংদুনা শমু মখোঙ, থীন্‌ব-য়াউ,
লংমাই মরান তন্নকখি ; ময়া ক্রক-ক্রক চীক্‌প-য়াউ ॥

মতাও অসি য়োৌবদা তেংবাল মাগী মথুৎখা,
থুংনা য়েনবা মরম্‌না লংমাই লিকলু পিতংঙা ;
খাইদোকপীরে অনিসে মরিশুবা তাংকক্‌না ॥
মতাওসিদা লোইজরে মশাবীপা খাইন-বা ।

———

## মঙাশুবা মতাং

শেলোই লমদা মুয়িনবা-লংমাই তেংনা য়িমকাবা-
মৈদিংঙ্‌চা নাউথিংখোং হাউরে খা-রম পাংদুনা,
লংমাই থুহৈ লিৎলক্‌পা লিনরাই মরিল ইল্‌লগা,
ফুনাল চীংজিল শমথরে ; অচেন খংলৈ হৌদুনা ।
লমলেন লিলোং নাতৈ-শম্‌ নোংয়াই লমদম য়েংদুনা,
মাঙগী পুগ্রি কৈন-তুপ নারক মোংশোং খায়দুনা—
খোঙকাপ কামজাউ হুনবদি *তুরেল খাম্‌বা লাঙবা ;
লাইরেল নিঙ্‌থম্‌ চোৎথিদো, লংমাই কিশি কিরকপা ।

*তুরেল খাবা— মাঙগা তুরেলনা কৈনা থিংবা ।

লাইরেল হোওনেম মহাক্কী মরুম তাশোই পিভংঙা,
শমু মেল্লোং মথুৎথোল, শাংদিং কিশি কিরকপা;
লাইজা য়িনা চোৎপগী, হৈরূ মতাই কাঙ্ডুনা—
নোংশা-মৈদা ফৌরম্মী। মান্লৌ চরৈ ফিশুম্না,
লমলেনসিগী মিংহুনবু পোইরৈ লমগী মীশিংনা,
লমলেনসিদা ফি-ফৌয়ে অসূম হায়না শোন্মোইনা,
লমলেন ফি-ফৌ মিংথোন্নৈ! লমদমসিগী মিংহুন্দা,
লমনুংসিনি শোন্মোইনৈ, খুমন্ হূপ্না তাবদা।
মতৌ অসূম য়োইখুনজাউ খুমন লম্দা পন্থুংখি
নোংয়াই খুমন্ পুংসিগী *অদোন †লাইথা পুম্বদি।
লাইরেন চাদি মৈদিংঙ্' রাইথুংবদো তা-বগা;
য়োইখুনজাউবু লম্ওক্চৈ। লাইথা পুম্না থোক্না,
খুমন পুনশি য়ুমোইবা অদোন্ নোংয়াই নিংগৌনি।
য়োইখুন্জাউবু উবদা ‡মনোংয়ায়বু পাউহংখি॥
“লাইরেলচাদিইনোংয়ায়! লংমাই তেংনা য়িমকাবা!
নোংয়াই ঐগী ইপুংয়ায়, করি লৈবৈ লমলানবা?”
য়ায়া অসি তাবদা মৈদিংঙ্চা য়োইখুন্জাউ,
ময়ু নোংয়াই মকাদা লুরুক্চরে য়োইখুন্জাউ॥
“ইয়ু নোংয়ায় নিংথৌবা! নমান হোওনেম ঐহাক্রা,

---

* অদোন—খুমন পুম্বী মিৎৌ অম।
† লাইথা—খুমন নিংথৌগী (লোয়লঙগী) মকোক পুবশিং।
‡ মনোংয়ায়বু— মখূবু।

খুমন নপুংয়াইসিদা থুংবনি চাক্তাংলুগে খন্বনা ।”
পাউহমখোনবু তাবদা খুমন পুনশি য়ুমোইবা,
নিঙনা ভেনা পাউহমখি। য়োইথুঙ্গাউগী ৱাকমদা ॥

“লাইরেল*থমংলৈমচা। মৈতৈ *ৱাসোন্দ নাউদাবা !
পায়মা করি থুংদবে নোংয়ায় ইফম' থুংলিবা ?”
য়ারা পাউহং তাবদা লাইরেন চানা পাউখুমজে ॥
“ইয়ু অদোন পুনশিবা। অসূম হন্না লুরুকচৈ।
লাইরেল ঐদি ননোংয়ায় ময়িম শেলোই মুয়িনবা,
কোরৌ অসুম হৌখিবা পোইদাম অসুম লানখিবা ;
কুমজা মশীং য়াম্লক্লে, লাইরেল ইপা মশুংলাং,
করোং খুংখুম তাল্লক্লে। ইপল তুবি মশুংলাং।
লাইরেল তাগোই ইরুমবী, লংমাই লিকলু লৌথিবী,
লাইরেল ঐবু চিংন-য়েং শেলোই চম্মু শাকবী,
চেংলৌ মাগী ঙাঙ্জনা মতেক ওইবৈ খোনথাংদা,
শেলোইসিদৈ পল্লিংগ্রো লান্কারকলে লংমাইনা।
ইপল ৱারক ঙমদরে, ইচু থৌখাম ঙম্দরে।
ইনেম্-মচা নহাক্তি, পোইরৈ লমদা হন্ফদে।
হাউরৈ খানা পাংবলম নয়ু নোংয়াই খুমন-লম্,
†থৌতিক্ফম্দা ৱাইথুং-ঙু। ইয়ু নিংথৌ কুবিফম্।

---

* নিংথৌগী কোদ্মা পোকপা।
ৱাসোন্দা—নিংথৌগী লৈমশিংগী চাথোকপঙল।
† থৌরম, পাউতাক্লিংবা তাকপিগদবা মফাম।

য়ারম অসুম য়াতান্না ইয়ু নাকত্তা থুংবনি।
মায়কৈ য়েংনা লাক্কুনা অদোন নরম থুংবনি॥"
য়ারম অসি তাবদা থুমন পুনশি য়ুমোইবা;
মনোংয়ায়দি য়োইথুনজাউ শয়েং পালবু পায়হুনা,
শঙাইনুংদা পুশিল্লে লাইরেল শমু থাগোন্না।
তুবি মাবু *পুকয়োকলে, †য়াঙোইহল্লে নোংশাংনা।
লাইরেল চাদি য়োইথুঙাউ থুমন পুংদা লৈবদি;
লোইদাম কুম্ওন্ লৈমন্না কোয়্রৌ মশীং থোইবদি,
লহানোংগী মতালোই লিকলু সুয়াম শাফবী;
কাউওমখিদে উনবিনুং "লংমাই চনু অতেংবী"।
নোংমৈ কোয়্রৌ অমনি, কাউওমদনা য়াথনখি।
সুরা নওবু নিঙথিবী। চেংলৌ শককোয় অহেনবী।
সুংশি পুকনিং কায়হুনা সুংশি থোইনা খাইরমবী।
সুজা নওগী য়াথলবু পায়মা উনবি থোয়থাউ-ওন্,
খোয়জি চেঙ্ম-চেঙানৈ, লাইরেল ঐবু পুকনিং-ওন।
লাইরেল মাগী পায়্মনুং উনবি সুংশুক সুংজাবা,
মতৌ অসি উবদা থুমন নিংথৌ য়ুমোইবা;
মনোংয়ায়্গী চেংলৌ-য়েং থৌজাল লনকু য়াহৈনা,
তরাম তরাম মেললক্ই। মনোংয়াইদি তুবি-চা॥
"হোঙ্নেমলোকয়্রিশেলোইনাই লংমাইতেংনা য়িমকাবা।
লাইরেল খমং লৈমচা। লিক্লাই য়াঙোল লৈমচা।

* অবা অনা পুবা পুহুনা মোক্লে।
† য়াঙোইহক্নে—লৈহক্নে।

নশানৌ লিক্ল্‌ লৌথিবী শিংঙেল মাবু শেৎনবৈ,
ঋংবল য়েংনা নোংথোই-রা লৈরাং মাবু খাইন-বৈ।
লাইরেল ওইবা নহাক্তি, নরুম নাকপু থা-কদে।
লাইরেল মঙবু ভাবরা ? ভালোই লুমলেন হাওফদে।
ইমোম ঐগী খয়োইরোল শাংবা লম্‌ঙম্‌ ভম্‌লবী,
কৈরুং হাংবী' কাউজানৌ ! পামেল খোরোয় কাফবী !
খুমন অদোন ঐহাক্না কোনলোয় তয়না শাবিগে,
য়ারা অসূম পাউথেমনা থৌজাল লনকুবিথিরে॥"

নোংমায় পুনশি য়ুমোইবা মনোংমায়গীদমক্‌তা,
কোলোয় য়াথং থোকখরে, অদোন লাইথা তিনবদা।
খুমন ঐগী ইদাইরেম, অদোন লাইথা তিনব-শা !
লাইরেল-চাদি শেলোইনাই লংমাই তেংনা য়িমকাবা,
হোঙনেম মাগী মকাইফম শঙ্‌লেন য়াঙনা শেমফরে;
নিংথৌ চাদি মৈদিংঙু মশানৌ কৈরুং হাংবীগা।
নোংমায় শঙলেন য়াকোনমুং অদোন শরীক লাইথন্দা,
তম্নম নাইয়াম থমহুনা কাউরেন শঙ্গোল থলহন্না,
কোরৌ কয়া খাঙলকথি, কোরী শেঙ্গাউ পৈয়ান্না।
লাইরেল হোঙনেম য়োইখুঙ্গাউ খুমল্লমদা শাইদাংনা,
ময়ু, খুমন পাউতাক-লো কৈরুংহাংবী মরুমগা,
ভাইবং খুলিং ভম্নকপা মকোন-মরীক ইথন্‌-থন্‌—
মঙা মফৌ চীজ্‌মলে; কাউরেল শঙ্গোল ইথন্‌-থন্‌।

ময়ু পুনশি য়ুমোইবা কোরৌ নোংজা খুদিংগী—
লিক্লাই মিংশেল শক্‌কুময়েং অন্নাৎ অপা খুদিংগী,
অরৈ লৈত খাইননা নোংয়ায় পুংদা পান্‌মননৈ;
খুমন কংলৈ অনি-চঙ্‌ ন্নাথোক ন্নান্নাম্‌ তেম্‌মন্নৈ॥

খোইয়ম মখোয়' *ন্নায়েল চীংঙ্‌ মাখোয়' মখুৎখা
অতোঙবদা লয়্‌থোন্‌বা অকা-বদা তেংবাংবা,
নোংদম নোংখাই ওইবগী লাইরেল খেনলেন অকবা,
চীংঙ্‌ লনকু থুংলরে; পামেল নাতম্‌ ফা-নবা।
কোরৌ নোংজা অমনি; হাউরৈ শম্থোং পাংব-লম্‌
ময়িম কেগে চাউবা-পুং মোইরাং শাংবা খুন্দা-লম্‌,
ময়িম মোইরাং মনিংথৌ হেপু সনা ন্নাখ্বানা;
লাংলেন কোংয়াং হোঙ্গেনীং থারকখিনে লালোই'মা।
খুমন অদোন *পাইরৈপাক নোংয়ায় ‡শেনলৈ লৈমাবা;
মোইরাং ঐগী ইরমদম্‌ খারি লৌথোং চুম্‌নবা
কেগে ঐগী ইরৈবাক খুয়োন ন্নাখোং হোঙ্‌নবা,
খিংবা লা-ফা-মন্‌নসে য়ান্না অসুম পাউকৌবা;
খুমন নিংথৌ হোয়্‌য়াখি অহোঙ কুম্মৈ চৎকেইনা।
খুমন নিংথৌ পুনশিবা মোইরাং মায়কৈ খোংশানবা,
মনোংয়ায়দি য়োকখুনজাউ হৈনা মতুং ইন্‌জনা—
কেগে পুংদা ঙাইরোয়্‌না মোইরাং কংলৈ থুংবদা;
অদোন্‌ মাবু লম্‌ওক্‌চৈ মোইরাং নিংথৌ ন্নাখ্বানা।

---

*ইবাইগী লৈথাক ‡ইশেনগী লৈথাক

নিংথৌ শঙ্গাই য়োইকোম্মুং চঙলে হরাউ তরাম্না,
ফম্-ফম্-লাংদা ফজরে ইনজৈ হোঙ্নেম হরাউনা।
মোইরাং ফমথৌ শুন-তিন্ পুত্রন্-নোংথোন তিনবদা,
পাউহংলকখি হোঙনেমবু ঙাঙোই সনা রাখ্বানা॥
"নোংয়ায় হৈনা তুংইন্না সনা নমৈ রায়্রকপা,
তুরেল চংলৈ ননাউয়োক য়েনবোন চারা খোংজোমবা;
অদোন নয়েল কনানো? নোংয়ায় পা-চা' ওইবরা?"
য়ারা অসূম পাউহংখি। অদোন পুন্সিবৈ মফমদা।
পাউহমখোনসি তাবদা নোংয়ায় খুমন নিংথৌনা,
"ঙাঙোই সনা রাখ্বা-ও! নোংয়ায় ইতুং ইন্দুনা,
অদোন ইমৈ রায়বদি ঙাংঙোই নঙদি খঙদবা?
কংলৈ মপু মৈদিংঙু লাইরেল উরা কোম্থৌবা,
পারী‡রাকলেনতোংয়াইনি শেলোই লংমাই য়িমকাবা।"
নোংয়ায় মপাউ তাবগা ঙাঙোই সনা রাখ্বানা,
অমুক হন্না পাউহংখি। "অদোন পাইরৌ য়ুমমোইবা!
করি হীরম লৈবগী খুমন হৈনা তুংইনবা?
নোংয়ায় নফমদাচাকতাংবা; তালোই থম্বল্ লৈবরা?",
কেগে পাউহং তাবদা অদোন পুনশি য়ুমমোইবা,
ঙাঙোই কাদা পাউতাকখি। "কেগে নিংথৌ লৈমাবা!
ইনোংয়ায় হোংনেম অসিদি লোকয়ি লংমাই য়িমকানা,
শেলোই লমদা সুয়িল্লি, লংমাই তেংনা য়িমকানা।

‡মৈদিংঙু উরা কোম্থৌবগী মচানিপা ৫গী ময়াইথংবা য়াইমা হাম্বনি।

কোরৌ নোংমা ওইরকপা মগ্নিম শেলোই লংমাইদি,
ম্নাবা অসুম ম্নাতাম্না শেলোই হুপ্না খোংশাল্‌লি।
লংমাই পুমনা লাললাউনা খোমবিতোত্তা ম্নাইথুংখি।
লাইরেল উম্না কোম্বৌবে তম্নম নাইদি কাদেম্‌না
লংমাই খুৎতে লিৎহৌবা ম্নাবা পাউবু তাবদা,
নিংথৌ উম্না কোম্বৌবা হুয়েল লানকা মাঙওইনা,
লংমাই পাকমা মাঙহনখি, নাদ ঈথোং লাললুমনা,
কোরৌ অদু নোংদগী শেলোই পুমনা হুপতুনা,
লৈকাই পুজরুক হৌদুনা লনশিংলগে থৌম্নাংবা,
চৌংশাং খোকলোয় হৌদুনা ম্নিমলেন শাইগং কোয়বদা
মরুম তালোই থৌতিক্‌খোল ম্নাইথুংলৈদো ইফমদা।
নোংম্নাই ঐনা পুম্নোকনা অদোন ঐনা লাইকন্না—
খুমন ইকাদা লৈরঙৈ কেগে নঙগী নরম্‌দা,
খুম্নোন ম্নাহোঙ থৌসিদা অহোঙ কুমমৈ ম্নেংনবা—
নোংম্নায় ইতুং ইনবনি; পাউতাকখিদো নিংথৌনা॥"

"মোইম্নাং নিংথৌ লৈমাবা, কেগে সনা ম্নাখ্বানা;
অদোন পুনশি যুমোইবা! খুমন নফমদা ম্নিমকাবা,
লাইরেল হোঙনেম অসিদি-কেগে ঐগী পাইরোম্নেম্‌;
তুবি ম্নাংগোল্‌ লৈমচা ঙাঙোই ঐগী শেলোম্নেম্‌।
'হুনা ঙসি কোম্নোদা তম্না লুকমাই লেমম্‌মন্‌না,
নৌনা মায়খঙ মতৌদা শাম্নেল মথেল কাহাপ্‌না;

লূকলেন পমনা চারসি। পাইরৈ ঙাকনা পান্‌কবা,
রাংগোল থমং লৈমচা হোঙনেম-সাগা লোয়ননা।
মভৌ অসূম পাউশানা তরাই মকোয়্‌ মথেল-লাং,
খুমন মোইরাং ফমথরে নিংথৌ অনি' ফম্বাল-লাং—"
মৈদিংঙ্‌চাগা লোয়ননা তরা লুকোয় মাঙ্‌দ-থম্‌;
লূকহা মথেল লৌনরে। খুমন মোইরাং কংলৈ-ফম।
তরাই মথেল লৌব-লোই চিনকূপ শেন্দি মপায়্‌নৈ,
লোইরে, ফম্রে ভৌরাংথক্‌ মহৈ মহৈ চিনশেংনৈ।
খুমন য়েংনা হায়রকই—ঙাঙোই সনা রাখ্বানা।
"অদোন পুনশি য়ুমোইবা! খুমন নিংথৌ লৈমাবা!
লাইরেল হোঙনেম অসিবু নয়িম নোংয়ায় পুংত্থুদা,
মদোম পাংশোই নীক্‌পরা, সুরা ঙাইখোং লূক্‌ম্না
য়ারা পাউহং ভাবদা নোংয়ায় খুমন নিংথৌনা,
পাউথুমলক্‌খি নিংথৌদা য়ারা মাগী মেঙ্‌জনা।
"ঙাঙোই নিংথৌ লৈমাবা! লাইরেঞ্চাদি শেলোইনাই,
কাউজাহল্লে ইমোমগা, লাইরেল পাংশোই নীক্‌করোই
ইমোম ঐগী থয়োইরোল খুমন ঐগী তমফাবু,
তালোয় ওইনা থাবিরে ইমোম কৈরুং হাংবীবু।
কোনলোয় মাগী তনশা-শা য়াজোইহল্লে খুমন্‌দা।
য়ারা অসূম পাউমেন্না খোয়মা খোয়জেল পুক্নীন্‌না॥"

রারী লমহাই নাইবগা কেগে ঙাঙোই লৈমাবা;
খুমন য়েংনা হায়রকখি। মোইরাং সনা রাখ্বানা;

"খুমন অদোন পুনশিবা। লাইরেল চাদি ননোংয়ায়,
পুমুং লিন্না ঙাললিবা হেনগী মাগী মশককোয়্।
ইমোম ঐগী ইরাংলোন্, লৈমা নামন্ চাউবীসে—
* কাউজাহনগে নিঙখল্লে। খুমন করি হায়বগে ?"
খুমন নঙগী নমোমলোন অদোন লেম্বা চন্নুগা,
থোয়মা অনি তোম্শংত-লাংচৈং অনি থোক্নদা,
মোমম্নু ঙাইখাং ঈন্নীককুম লীন্নীক অনি শোয়্নদা ;
ঙাইরোইহনসি নিংথৌবা। হঙ্গেল শাশং নাইদনা—
পলেম অমৈ পী:মা-চা পনথৌ অমৈ পা-মা-চা,
ঈন্নু অমৈ শিয়োম্লা, থোয়খাউ অমৈ নান্না-চা ;
থোন্নাং অমৈ পীশিনগুম ঙাইরোইহনসি" হায়রগা ;
মমোম লৈমা পুথোকলে। লুংহোং খোংথোং থৌরাংনা,
কাওরেল শনফাং শেমহনা শেঙ্গাউ মরাক অপাকপা,
ফিমু মশীং থীঙমদা অওং অউন তমহনা ;
মমোম নামন্ থিল্লকলে, লাইরেল, খুমন তুংইন্না ॥

মতৌ অসুম শান্নকপা, খুমন পুংদা থুংবগা,
লাইরেল-চাদি য়োইখুঙ্গাউ মরুম তালোয় অনিগা—
তয়ম নাইয়াম লোয়নন। কাউরেল শঙ্গোন্ থনজনা ;
মঙা, মফৌ, শেঙ্গাউ-পৈ পান্জরেদো পুকতীন্না।
লাইরেল তালোয় অনিনা খুমন পুংদা † য়াংগোইবা.

* খুম পামহনগে। † য়াদোইবা—লৈবা।

পলেম অমৈ * পী-মা-চা পনথৌ অমৈ † পা-মা-চা উনবি অনি লীতিন্না পায়মা অনি লোনদিন্না হরাউ তয়াম পান্মন্নৈ। তুমুং লংলা পুনগুম্না; ময়ু খুমন য়ুমাইবা অনান নোংমায় মকাদা, লংবাই ভেংনা য়িমকাবা মৈদিংগু-চা হোঙনেমনা; ময়ু খুমন পুংসিনা কেৱৌ নোংশীং থীওম্দা, তাইবং চৎলম তুংইন্লে। মতৌ অসুম নোংপোইবা, নোংমায় য়োয়্না থৌজান্না মনোংমায়বু পুমোক্লে॥

লিকলাই রাঙোল থমংচা মশানৌগী মকমদৈ, য়াইবী পুনা খুমন্দা হুয়েল ওইনা লানজেনবৈ, খুমন নিংথৌনা কুবিবা মমোম কৈরুং হাংবীগা, য়ুমলেপ্ কাণ্ডথং তমখিবা মঙাঙবা তাংকক্না, মতাং'সিদা লোইজরে লাইরেল মপাউ শৈশকপা॥

---

* পী-মা-চা—মপী অমত্তা ( মমা অমত্তা ) পোকপা মচা।
† পা-মা-চা—মপা অমত্তা হুনবা মরুপী মচা।

## ভরুকশুবা মতাং

খুমন পুনশি য়ুমোইবা নোংমায় পুংগী লৈমাবা
মনোংমায়বু পুয়োকপা কোয়ৌ নোংশিং থোইবনা—
লোইদাম মানা চৈগাবা কুমহৈ মশীং থোইবনা;
চহি কুমলাং য়ামলকলে, খুমন মানা নাউকনবা।
খুমন অদোন লৈমাবা—কোলোয় য়াথং তুংইন্না,
অদোন তানা তাবশিং লাইরেল মাগী দমকতা—
ইংখোল ফৈরোয় কুংন-থা ফুন্না শংলে য়েন্নৌনা।
কোয়ৌ নোংজা অমদি ময়ু অদোন পুনশিবা,
লাইরেল মাগী দমবপু মুংঙল শিফা-হুনা,
পায়মা মুংদা খমকখি; লাইরেল মাবু নাউয়োকনা।
লাইরেল ঐগী ইনোংমায় লংমাই তেংনা য়িমকাবা,
তুবি শারেপ্ কংজরে—শেলোই লমদা মুয়িন্বা।
নোংমায় পুংদা নাউকনবা খমলাং পারেপ্ কংজরে;
খুমন পুংদা নাউয়োকপা ইরেং পুরেপ কাজরে।
ইনোংমায়দি মৈদিংঙু ময়ু তুবি য়োইনোংদা,
নোংদা লাইগী-ম-ঈনি, চপলেন নাবু ঙাল্হল্না,
য়াকলেন হাইজাউ শীন্দুনা নাশি পুংমাই লেমজনা;
হলয়াইহন্গে থৌয়াংলে; লৈঙাকলোনবু খঙ্নবা।
মনোংমায়গী শক্তম্-য়েং পাউহম্লকখি অদোন্না।

"লাইরেঙ্গাদি ইনোংয়ায়, সনা কোন্ কম্ তাউরবা।
মপল উরা কোনথৌবে চেংলৌ শক্ কোয় উদবা,
পলেম লৈমা নোংজেংশূ নপল্ নাক্ তা থুংদবা;
কোরৌ নোংশিং তাম্নকলে। "তারিবরা সুম্নিনবা।
ইনোংয়াথ-ও! লৈমচা! লিকলাই রাংগোল লৈমাবা।
লাইরেল শেনলৈ মীরুতোং পাইরে ঙাক্লা পানক্ষবা,
লাইরেল নপা মৈদিংঙ্ অহন হমু ময়াই-কা;
হন্ বা মরেং চম্নকলে, কৌরোং পানপাই নীকতুনা,
শমু পাঙ্গল ময়েং-তা লৈঙাক লৈকোই পুব-রা;
লাইরেল মঙনা ইরমদা পুনশি পন্ থুং তান্ বদি;
পোইরৈ হুপ্পা মিৎয়েং চঙ্ লৈবাক মীনোক চঙ্ গনি।
লৈবাক ঙাকলোন খঙনবা নয়ু লুরাং পুনশিবা,
নোংবাল মাগী মকাইক্ষম রাইথুংলুরো লৈমচা!
তাইবং লীচৎ শুন-খঙ্ তান্ শিন্ জরু থমংচা!"
লিকলাই নঙগী নক্ষমদা নয়ু ঐগী রাকম্ না,
অনি মরি হায়নিঙলি। হয়েং পোইরৈ' থুংবদা,
নয়ু ঐবু কাউকরোই! কম্মোই মিৎতা কম্বরাই,
পোইরৈ নিংথৌ ওইদুনা কলাংমৈদা তোংব-রাই;
হেকঙাই নপাউ চাউকরোই। হাউরৈ অরাং পাংবদা,
নয়ু সুংবাল পুনশিবা হোংবেম মাগী মকাদা,
কোরৌ থরা থাঙ্ লু-ও!" রারম অসুম পাউতাক্লা;
য়েনলাং থৌরাং ঙমদমলে। খুমন পুম্মা হুপতুনা॥

"লাইরেম্ফাদি ইনোংয়ায়। পোইরৈ ইঙাই মায়কৈদা; য়াংঙম সনা লম্দাং-ঙেং ইন্দানম্বদে, শুম্নিনবা। মৈদিংঙু সনা মখোঙ-খা য়াইথুংব্দে নয়মদা। নচেংলৌবু অয়াং-ওন্ য়াঙোই-য়িবু কৈন-শম্— অয়াং কৌবা চীংজুখুম য়েনবং ফাইবং পোকপ-লম, পুংফাই তোল্লোং হৌব-চীং নয়ু লুয়াং মকাইদা; নয়ু পুনশি মরন-কু শুংবাল য়োয়না থৌজান্না, লনকুবিনি লেপনমক।" য়ায়া অসুম পাউতাকনা; লাইরেল মনোংয়াইগী বু পোইরৈ খুনগা ঙম্দম্লে। অওং অউন তন্ন-শেম— শনশেন নাউরোই য়াউহল্লে। মতৌ অসুম হেৎদুনা ওয়ম মরী শীন্বগা, কাউরেল শঙ্ হোইদুনা শেলি শেঙাউ পোরগা; ফাগং ফিমু মুংফিগা লৈরূম চরৈ অপাকপা— সনা লুপা পাবোৎ-নৈ। য়োয়্না ঙমদম হৌদুনা, নোংয়ায় ম,গী মদাইরেম খমলাই তোংনা লুচিংহল, লাইরেল হৈনা মতুংইল; ভুবি পুয়োক পাউতাকহল্ কোয়ৌ ঘুমিৎ অরূ-ঙেং থবা নোংদম অশেংখল; থৌয়াং মতোল লোম্নরে। শুংশি য়ায়ম চিনকোয়-চল॥

মতৌ অসি উবদা লাইরেল মৈদিংঙু হোঙনেম্না, নোংয়ায় মপা-মপুলাই, অদোন পুনসি য়ুমোইবা, খুম্নন লৈঙাক থৌবুবা লিংথৌ মাণী মকাদা;

চাংজৌ চেপনা নোনজনা পুনেমজয়ে খুয়া-খা।
মনোংয়ায়বু উবদা খুমন নিংথৌ য়ুমোইবা—
পোনবীগুম চিলওক্না রায়ম মতোল লোমলগা,
নোংয়ায় লয়কোয়-পূংদগী মিৎমৈ তোয়ান্-নজনা;
মরুম তালোয় অনি-পু খোঙ্শাল্লক্লে লাইয়েম্মা।
নোংয়ায় কংলৈ মগুম্মাঙ্, লাইরেল মগুংমান্দুগী
উনবি থৌকাউ ঙমদনা নোংয়ায় সুয়া অতেংবী,
অদোন পাখং পূম্বসুং খুমন পূংদা তিল্লরে।
তুরেল নামতু খাইগুমলে, মিৎলু ঈপোম হৌনরে।

লাইরেল্লোকয়ি শেলোইনাই খুমন তয়ম মরী-শীন,
কাউরেল শন্য়াম হোইদুনা নোংয়ায় ময়ু লনকু-ঙান্;
অদোন মচেৎ কোঙ্গায়-পু—য়াঙ্গোই মায়কৈ তম্থরে।
খুমন তয়ম্ খুনগানা লোনলোই লমশাং ইনথরে!
লাইরেল চাদি য়োইখুঞ্জাউ নারক মোংশোং খায়দুনা,
তুরেল খাম্বা মাঙ্থৎ-লান, লোইয়া নাতৈরবগা;
কাংঙমুংবু মাঙ্ওইনৈ। মতৌ অসুম লমশাং-ইন্,
লোনলোই লমশাং ইল্লক্লে, ময়ু নিংথৌ পাউতাক-ইন্।
লমলেন লোনলোই থুংবগা লোইবি মায়েম ফ্রুপনা,
খামেন পোনবু থম্ব-হাপ পানপোন শিংপোন শেমদুনা;
শীংপোৎ লাপোৎ থেনজনা মৈদিংঙুবু লমওকচৈ।
লাইরেল খুমন হুপ্পশিং তাউপুং লমবু নাতৈ-জৈ॥

মতৌ অসূম খুল্লাননা মথং মথং লাকপনা,
ময়ু মুংবাল মশাইকোন্ হোঙনেম লুরাং মনাকতা ;
রাইথুংজরে অপুম্বা। খুমন তম্নম্ পুমবনা,
লুরাং নাক্তা থুংবগা পাউহংঙম্মি লুরাংনা।
লাইরেল থমং লৈমচা। লোকরি লংমাই য়িমকাবা!
ইনোংয়ায়ও য়োইখুঞ্জাউ। মুংবাল ইশাইকোনসিদা,
তালোয় তু-চা পুম্ন-হো খুমন কংলৈ তিনচুনা,
থৌরম করি লৈবগী ইন্দাল্লককপলো পাউহংবা,
য়োইখুঞ্জাউদি লৈমচা, তাঙজা লয়দা নোন্জনা,
ময়ু য়েংনা পাউখুমজৈ ; য়ারা অসূম রাহৌজৈ।
"ইয়ু মুংবাল পুনশিবা! ননোংয়ায়নি পুনেমজৈ।
লাইরেল চাদি ননোংয়ায় শেলোই চীংদা মুয়িনঙৈ,
ময়িম শেলোই লংমাইনা থাঙঙা য়োথান থেংলুগে,
লংমাই হুপনা খোঙশাল্লুই। খুনফম ঙাংচেং নেংলুগে,
য়ারা অসূম রাতান্না লংমাই মরাঙ হৌরকলে।
খোমবিতোৎপু য়োবগা লাইরেল ইপাই মদাইরেম,
নোংবাল কাদেম শোয়শঙবা লেমৈ কাগে শোয়শেম্নম ,
নোংবাল মাবু লাকচখি। কাদেম মাগী মগুংলাং,
হুয়েল লালোইনবনা লমলেন নাদ ঈখোংমুং,
পোইরৈ মৈতৈ লালোইনা নাদ খোংমুং লাল্লুমঙৈ,
লংমাই লানকা মাঙনখি ; নাদ ঈখোং লানশোকচৈ।
তুবি মাগী মগুংলাং লাইরেল ইপাই মরমগী,

শেলোই চীংশাং খোক্লোই-ঙৌ করোঙ শুংখুম তানবগী;
থাওলেন খেয়াং থাংহ্না অচোং য়িমলেন কোয়য়রে।
লংমাই মখি লাইদুনা ননোংয়ায়বু খিয়রে।
লাইরেল ঐগী ইতালোয় শেলোই চমু পিতংঙা;
শংলৌ মাগী থৌরাংনা লংমাই লৌশিং থুপ্‌চানা
ননোংয়ায়দি পল্লিংলৈ। তালোয় য়ারা তুংইন্‌না,
খুমন পুংদা রাইথুংলুই। নাউকোনবিনে খুমম্না।
থিংলৌ অমুক হন্‌নবু লাইরেল ঐবু লনকুনা,
মমোম কৈরুং হাংবীবু কাউজ্ঞা-হললে খুমন্দা।
নৌংয়ায় মফমদা য়িমকারে অদোন মফম' চাক্তাংলে।
কাউরেল শঙ্‌ পৈথিরে কোনলোয় তয়্‌না শাবিরে॥

মতৌ অসুম য়াঙ্গোইদৈঙে, কোয়ৌ নোংমৈ সুমিৎনি,
হাউরৈ নোংচুপ পাংব-রম ঙাওোই লৈবাক মপুংগী
লাংলেন কোংয়াং রাহোঙনি। অহোঙ কুমে য়াউনবা,
পাউকোয়কথি খুমনবু; মরিম কেংগ ঙাঙোইদা।
ইয়ু খুমন পুনশিবা কেগে রাহোঙ থোৎচৈঙে,
ঙাঙোই সনা লমদমদা; ননোংয়ায়সু তুংইনজে।
য়াংগোন-চানি থঙবদে মমোম নাথন্‌ চাউবীবু,
কাউজ্ঞাহন্‌না লন্‌কুবে; ননোংয়ায়দি ঐহাকপু।
'কেগে লমদৈ হলরাইকা অদোন পুন্সি ঙাইরোইনা,
কেগে সনা রাখানা তয়ম কোঙ্‌গায়্‌ তুংইন্‌না;

অওং-অউন তম্‌লগা খুমন পুংদা থিল্‌লকলে।
লাংহৈ কুমশিং কয়ামা অদোন মানা নাউয়োক্‌লে।
মতৌ অসুম নাউয়োকপা তুবি ইরেং পুরেপ-ফা,
নোংয়ায় মানা নাউকনবৈ লাইরেল থম্লাং পারেপ-ফা;
শাংবা মঙম্‌ তয়ে-খল্‌ লাইরেল ইপা শক্‌-উদা,
নোংশিং য়ামলে-খনখরে; লংমাই লিকলু শক্‌য়েং-দা।
'হুনা ইয়ু মুংবাল-ও! লুরাং নশাই কোনসিদা
লৈবাক থৌপু খঙ্‌নবা মুংবাল কাদা থারকপা,
* ননোংয়ায়নি য়োইখুঞ্জাও।" রারম অসি তাবদা,
থৌজাল লনকু লমওক্লে; ময়ু লুরাং মুংবাল্‌না।
"ইনোংয়ায়দি শেলোইনাই! মুংবাল ইয়ুম নাকসিদা,
য়াংগোইজরো তাকপিরে, কোলোয় তয়না শাদুনা।
ইয়ুম মুংবাল পুম্‌ন-হুপ্‌ লুরাং পাকনা চঙ্‌দুনা,
তালোয় লুমলেন য়ুমখাইরে তয়ম নাইয়াম লোইদুনা।
মতৌ অসুম লুরাংনাক পামং খুন্দা খুন্দাবা,
কাউরেল মহুই ময়েন-য়াম তরা † কয়দাং শাংহননা,
লাংহৈ য়াম্না য়াঙ্গোইবৈ ময়ু লুরাং নিংথৌনা;
থুনুং লাইরোল থুংশিন্নৈ, পোইরৈ রারম অরুবা।
লাংহৈ কুমজা কয়াইমাঙ্‌ মালেম খুনথোলকথিবা,
পোইরৈতোনগী মপারী তাউপুং শিংমিংনবদা,
থমনুং ওন্দে হলরাইরা; থোঙারেন্দি মপলনা,

* ননোংয়ায — নশ্‌।   † মথাঙ নাইবা অশাঙবা কর্‌।

* পোইরৈ বারম অরুবা † খুনুং লাইরোল নিঙথিবা,
পাউতাকখিগুম তাকপিরে ময়ু নুংবাল লুরাংনা।"

মতৌ অসুম নুংবাল-নাক্ য়োইথুঙাউনা খাঙলকপা,
লুরাং মশাইকোনসিদা হোঙ্ন-চাউনা পাল্লক্পা,
হয়েং লোইদাম মনুং-ওই কুম্বা মরাই কাবদা,
পামং খুনগঙ মরান্দা পামেল উজাউ হোঙ্নবা,
লমলেন লোনলোই লৌচীংথাং চীংথাং থংলাং-মৈত্রুদা ;
পামেল তলা উক-রোং শীংজঙ লৈতোয় চন্দুনা,
তলা উমৈ তুপচনা উনৌ খোংচা শম্লগা,
ওরি লিয়াই নোপ্চনা তলা হোইশোন চিংত্নুনা,
‡ পামং মরান্' রাইথুংলে। তলা ‡উকরোং মচোবা,
পামেল লেপ্তম্ য়ুংত্নুনা থারী লৈখোং চুরগা,
হাউদৈ য়ুনৈ হৌত্নুনা থারম পাকয়ু হোঙজনা
তরা লৎকমায় লেম্জহন্ শারেন কাহাপ্-নত্নুনা,
হোঙনেম চাউনেম্না পান্দুনা অহোঙ্ লৈরেন থৈত্নুনা,
হোঙনেম থৌরম পাঙজখি। লাইরেল মতুং তাবদা,
থমনুং মোইথেম হৈবীনা থোংঙাক থেন্দা পু-নবা,
লাংহৈ কুমশিং শুবগী তাইবং শিঙশৎ-খিবনা ;
মকোই নুংঙল লমজিংখি। লাইরেল মমোম্ রাঙয়োন্,

* লৈঙাকলোনগী বারম †ধর্মগী চৎনবী লীচৎ অশেংবা।
‡ পামং খুনা, খুন্দারগা পামেল উ হোঙ্লুই হায়বনী পামং খুনাবা
হোঙনেম য়োইথুজাউ হায়না হিজৌনখি। ‡ উক্রোং

খমনুং য়াইথোং থোঙ্গাখি ; চরৈ ফিজি হোঙলাহন্।
ময়িম মুংবাল্ লমসিগী য়োইবু য়োইহেন পুমবনা
শমু খুবাক খুত্থম-শু লয়াই শমদোং 'ফোয়জনা
লুখুম কাঞ্জাউ থীনদুনা মীকপ্নরে, মমোমগী।
মথৌ য়াঙ্গেল লোইজরে কোয়ৌ নো'শিঙ শুবগী।
মতৌ অসুম তৌরভে লাইরেল মপল কোম্থৌবা,
তুবি মনোং শুবগী খমনুং কোয়ৌ নোঙ্গাবা,
চীংঙ্ শমকাই য়েংলকলে। চীংঙ্ †শিঙশং শোয়কদা ;
কোয়ৌ রাংবা তয়কলে, থোইমোম লাইওইনদুনা।
পোইরৈ লৈবাক পুম্বসে নিংথৌ পুন্সি পিখম্-য়া,
লৈবাক থুংনা খঙ্নবা কংলা পুংজাউ য়ৈবগা ;
পোইরৈ হূপনা খুনগারে, য়োইবু য়োইহে পুম্বগা,
তরেৎ শেনফাং য়ৈখরে। কংলা চোয়া তিনবগা,
পোইরৈ লমগী খুঞ্জা-হৌ, তয়ম নাইজা তিন্দুনা,
নিয়ে কংলা মণুংসে। লাইজা ঈচেল অকনবা,
য়ায়া লাউবা থোঞ্জেলগুম লোইবি থকতৈ হুনথবা,
মনিংথৌগী নোঙ্গা-থৌ, চেয়ে, লাঙলে পোইরৈনা,
পিরেম তরং ঈচেন্নৈ ; অমন্ শিরৈ শানথৈদা।
নিংথৌ কাইদি নিঙথিবা, চেকলা তুরৈ মৈপুংবী
তাঙজা থয়ায় তাজবী কুমথাই নোংহৌ ঙাইজবী,
হেদৌজ'দা মৈফনবী তোক্পা য়ায়া থোম্থোকপী,

লৈফম, তয়রুখা মতম্ হেন্ফমনা

চেকলা তুরৈ নিঙথিবা তুরৈ মচু য়াম্বগী,
শেম্বাং মহুম শাব-সুং নিংথৌ ফিদি চোঙ্গোনবা—
খামেন চপ্পা পোল্লগা নাশি পুংমাই লেমহন্না,
খুজি নাশি ইরং-লং—য়াহিপ তারি; নিংথৌনা।
য়োইবু য়োইহৈ পুন্নমক; চরৈ ফিনা * লু-খুমলে;
থবাক ঙানফম ফুনরে, লরাই শমদোং কোয়্নরে।
মৈবুল হাইজাউ থাল্লক্লে, †লৈখাম মৈথু নোংলোন-কা;
পেরে শিংকা না-কারে—মীকপ মীরাউ খোঞ্জেন্দা।
কংলা পন্লোন মন্নুংসে তিল্লে, চোল্লে পোইরৈনা,
মীকপ্ মীরাউ খোঞ্জেল্লক খাবরোল্ লৈমা অহেনবী,
কংলা ফমবাল হাঙ্ফদে পায়্মন্নুংদা থন্বগী;
পোইরৈ মৈতৈ খুনফংথৌ—পোংবা তরা' রাহেম্লে॥

"পোইরৈঅথৌলাঙ্গোন্বা! কংলৈ কংলা ফম্বালসে,
পারম্ পুরম্ চৎন-ইন্—হাঙ্ফদেদি হায়নবা,
চৎলম লুতিন কায়ফদে, থৌরম করম মেন্গবা?
লাইরেল কোরৌ ইনিংথৌ তুবি হক্না তুমদ্রিঙৈ,
য়েনলাং ঙম্দম হৌবিও! পোইরৈ হূপনা থৌরাংঙৈ।
পারী সনা খোম্মহন্ চেংলৌ মঙম শোয়্বনি,
ইপারীদি য়োইচারোল শমু পাংশোই নীক্পনি।
পারী সনা খোম্মদোন শমু মপুক কংইনে;
পারী নারা খোম্মদোন ফম্মোই মিৎতা ফম্ফদে।

---

* মকোক খুমলে। † খোইজু লৈখাম মৈ থাবা।

পান্নী সনা খাংন্নাইগী মতুং কুইনা ফ ইদবা,
মপল ন্নান্নক চৈথেংগী লংমাই লমদা মুন্নিনবা—
পান্নী হোঙনেম য়োইখুঙ্গাউ ময়ু নোংম্নায় লমদগী,
ম্নাঙ্গোইখিন্নে নাতান্নে মশাইকোন্দা লুন্নাংগী।
কংলা থৌন্নম পু-নবা পান্নী হোঙনেম অসিবু,
ফমথৌ কন্নি খনবিবা; পাউকৌন্নুসি হায়ববু ?"
য়ান্না অসূম মেঙজনা ন্নাহমজৈনে ফমথৌদা,
পোইন্নৈ চৎলম মতুংইন্ ফিগাউ-নজৈ লৈমৈ-ন্না।
মতৌ অসূম তৌন্নিঙৈ পোইন্নৈ হুপন্না তিল্লিবা,
পোইন্নৈ চাদি পুম্বনা কংলা চৌন্না পুল্লগা,
মংলেন 'চৌবা মায়কৈ-তম খূদাং পিফম তয়হুনা,
নিংথৌ কাইদো লেংদ-থোং য়োইহৈ পন্নেং শীন্দুনা,
উন্বী পুমবা মুংহীন্না য়োইবু য়োমলোই হৌহুনা;
থম্মোয় খাম্বী মৈহোনা ন্নাইথুং তমলে, মংলেন্দা।
লাইন্নেল কোন্নৌ মনোংথৌ মংলেন ফমদা থুংবগা,
পোইন্নৈ হুপনা চঙহুনা কোন্নৌ মচি-অশেংবা।
মুংজেং লাইজা ঈন্নিক্লাই ন্নাংবল মনৌ-অফবা—
ঈন্নু শান্দেং থৌন্নাংলে। খেনলেন মতম অসিদা,
পোইন্নৈ মৈতৈ খুনফংথৌ পোংবা তন্না ন্নাঙম্বা,
লৈমা ম্নান্না ম্নাকা-ইন্ অচেন খংলৈ ম্নাঙ্লবা,
মচেং কায়ন্নৈ য়েনহাইন্নোই তমবা অনি মন্নিগা;
তয়ম অনং কিহাইন্নোই. অহম মঙা পাউতাক্লা;

য়োইখুঞ্জাউদা পাউথারে—লুরাং মকাই থুংনবা।
মদাইরেমদি ভয়মশিং, হোঙনেম নাক্তা থুংবগা ;
রাকৎচরে রায়মশিং। লাইরেল পামং খুন্দাবা।
নপল লৈমা নোংজেংসু পোইরৈ মৈতৈ লৈমনা,
থৌশীরক্লি ঐথোয়বু লাইরেল নফমলাং-সিদা।
নপল পম্বৌ তাউরোইনাই লাইরেল তুবি ইনোংথৌ,
রাংবল পাংশোয় নীকপগী, থৌশীরক্লি ; খুনফংথৌ।
লাইরেল নশাবী অনিম্ন কম্বাল থক্তা ভোংফদে,
নশানৌম্ন খোম্মদান ফম্মোইমিৎতা কম্ফদে।
লাইরেল কমভোংহৌনবা সনা থাবু ইন্দানজৈ,
পাউশীরকই * নপলনা লাইরেল থাদা পুনেমজৈ।
নপল তুবি নিংথৌরেল শমু হকচাং তুমদ্রিঙে,
রাইথুং লা-ও মতাকপি ; লাইরেল মশা †রায়দ্রিঙে॥

য়ারা অসুম নোঙনা পোইরৈ মায়কৈ পাংলক্লে।
তয়ম্ নাইশিং পাউশীবা অচেন থংলৈ য়াঙলক্লে।
মপল য়ারা কংবগা লাইরেল হোঙনেম য়োইখুঞ্জাউ,
হোঙনেম পুংবু নমদহন্ য়োইবু তালোয় তু-চা-হৌ,
পোইরৈ লমদা খুনগারে ময়ু লুরাং পুনেম্মা।
তাউবা হুইখোং তয়ক্লে, অচেন থংলৈ য়াঙজনা।
য়াংদৌ লমদাং অশাংবা কাউরেল শনফাং হোইদ্রনা,
তরেৎ শেনবুন্ পাবোৎশেম ঙাম্মু খুম্মু পৌভোংনা,

* নদা ইথেম্মনা। † ষৈনা চাকপা হৌদ্রিঙে।

পোইরৈ খুনগারকপদা লাইরেল মাবু লম্ওক্চৈ।
খুনকংথৌদি মদাইরেম্ শারোক পুংদা রায়্থুংজে।
পোইরৈ হুপনা নাহাইনা শঙলাংমৈদা চঙ্লক্লে।
লংমাই ভেংনা য়িমকাবা লৈবাক থৌবু পুহল্লে॥

লাইরেলচাদি মৈদিংগু ফম্মোইমিৎতা ফম্বগা
লৈবাক চৈরাক রায়েনজে সনা খুৎতা পাম্বগা,
নিংথৌ সনা মহকচাং মথৌ যাংগেল লোইনবা,
পোইরৈ হুপনা থৌরাংলে। কাইজাউ নাক্তা চত্তুনা,
অসাইগী নোংজেংসু ফয়েন লুচিং হনবীনা—
পোইরৈ মীয়াম মভৌ-য়েং মপারীগী থৌরাংদা,
হরাউ মথোই কাবরা—উনবি হকনা রাবরা—
উনবি চেঙ্ম চেঙ্গানৈ, থম্মোয় পিংপিং চোংজনা।
খাত্রোল লৈমা অহনবী শম্লাং ফাফেন্নদুনা,
মংলেন মায়কৈ তম্লক্লে। পোইরৈ মীয়াম পুম্বনা,
মনিংথৌবু পুনেমনা মালেম লয়্ম লক্নরে,
মনিংথৌবু খাইনবৈ অরা মায়্য়োক থান-রে।
খাম্বী মৈবু ঈড়াৎনা খুলাং পিকম তম্নরি।
কাশা পাউতাক খোন্জেন্না কোরৌ শীন্না নিন্থরি॥

মভৌ অসি উবদা ফমলেন্ লুচিং' খাবরোন্,
থবাক ঙানফম থুদুম-শু শেৎকুম্ পোনবী' মশাগন;
পায়মা নিংশা শৎহোলনা মালেম থক্তা তুজরি,
মিহুল কোকয়ি কাদুনা; মংলেন নাক্তা রানথরি।

লৈমা ইপী অনি-চও ফৈরা তান্দা খোংহুনা,
শয়াং তোন্দো নান'বয়ে ; লুৱাই লাইজা ঈহৈনা।
খাবয়ে'ন লৈম' অহনবী! করিই পায়মা ভয়াংলি?
তাইবং কোন-লমদাংশাং শৱা তুকেন নোংজানি!
য়াকাইয়কলো অহেনবী! কংলৈ লৈমা লুচিংবী!
অকনবা পোকপি নহাক্লি, মঙাং ঙম্বা পোক্লিবী;
মায়কৈ থূদিং য়েংলুবা ঈন্লিক্কুম্না কোয়রীবী।
ঈনলিক খূর্জি পায়রিবী! করি' অতুম শোনথরী?
য়েংউ, পোইরৈ মীয়ামসে! লাইরেল কোয়ৌ ননোংথৌ,
পোইরৈ মীয়াম * পুনেম-হৈ—খাম্বী মুংগী ননোংথৌ,
পুনেমনরি' মতৌসে— মৈত্রেং মৈৱী লিশিংনা;
কোয়ৌ নোংদোল তম্লক্লি। ঘিহৈ খূদিং মৈৱী-লাং
নোংদোল তেমশিংনয়কলি পোইরৈ নিংথৌ মহকচাং।
তাইবং ঐখোয় পূমবম্ থমমুং শৱা তানগনি,
কাউরবয়া? লুচিংবী! অকোন অহান নাইবনি।
"মালেম কোয়ৌ অঙানবা, য়োইময়াইদি তাউদন্বা,
কোয়ৌ মাগী খোঙচৎ-লোই তায়মদাইগী মতমদা;
কোয়ৌ মৈনা নেম্লক্পা ইমুং' মানা শিল্লকপা—
লৈথিবগে অহনবী। তাইবং কনা' থাম্ঙম্বা?"
মতৌতুগা পাংথকনি; নমু পোংবা পূমনমা॥

---

* পুনেম হৈ—মী পুয়মরা খূকয়বা হকচাং।

মতৌ অসূম ইপীশিং নাউথেমখিনে লৈমদা।
কমলেন লুচিং অহনবী ঙাইহাক পুঙ্গোয় মমলুবা,
য়াইবি থরায় মঙাগা মিগা খানা তরুক্‌মা;
কমবি মকম্‌ মকম-য়েং চনিঙ তারে; মংলেন্দা।
নিংথেমমুবী লোয়নবী' লৈবাক মীয়াম চঙদুনা,
কোনলোয় শঙ্গাই তম্লক্লে, লৈবাক হৌমা তুংইন্না।
মতৌ অসূম থৌশীন্না লাইরেল মৈদিংঙু হোঙনেম্না,
নিংথৌরেন্দি কোনথৌরৈ কমবাল মেনবু শিনজনা;
'পান্নী চীংখোং য়াইমবা মৈদিংঙুচা হোঙনেমনা,
পোইরৈ লৈঙাক থৌসিবু পুজরকখি পোইরৈদা।
মতৌ অসূম লৈঙাকপা, কোরৌ অসুম হৌখিবা;
কুমজা মঙা' শুরকপা নোংমা নোংমা রায়খিবা;
নোংজা অতু য়োরকলে। কুমজা মঙা, শুবদা,
ফলাং মৈদা তোংনবা থৌরাং তৌরে পোইরৈনা।
কমথৌ নিংথৌ মঙারোই য়োইবু য়োইহেন তিম্বশিং;
পোংবা তরা চঙদুনা লৈবাক থৌগাই পুবশিং,
কমবাল তোংনি লাউথোক্লে। অনি তিল্ল ঙাঙনরে,
কোরৌ নোংজা ঙাইনরে; অহুম কম্ল শোননরে;
কম্বাল মেনগী রাকমসে, পোইরৈ শীনবা থুংখরে;
লৈরাং লৈনম শনগুম্না লৈবাক রা-রা লাউখরে॥

থম্‌কোল মালং খোঙয়াঙবা লৈনম শীন্না হুমখিগুম;
কম্বাল মেনগী রাকমদো কোরৌ নোংখোংতম্বগুম;

ষৈথি নাকোং থোংজাউদা মশানৌ—'ছুঙৈ' পিতংঙা।
সুজা থম্মোয় থকয়েনৈ; কম্বাল রাংসি ভাবদা।
শেলোই চমু পিতংঙা মশাবীগা তেমশিংবা,—
শেলোই পনলিৎনোংগীবু রারম নিঙশিংলুবগা;
অচুঙৈগী থৌচু-চা লৌজে—হাপঁচৈ লাউশমদা।
থাংয়ি চয়িন অক্পপা চামলৌ লায়োম শাচুনা,
তাংখুল পানবি পান্দ-তোপ, ঙাইয়োং শিংপোন শেমচুনা
হাউশমুংদা হাপচরে। শনম কোক্তা থোংজরে,
তফিং তফিং লাকচরে; কংলৈ মায়কৈ তমলকলে।
রাখল অসুম তৌন-লাক চ্বা ঙাইথাং লোকয়ি-কা,
উনবিমুংবু থবেৎনা ছুম্মাং য়িরীক চেন্চুনা;
লংমাই লিক্লু লৌথিবী শমু নম্দা শম্বুনা,
থোঙ্থাং থাম্বী মৈনেৎকুম হাউরৈ নোংচ্প পাংচুনা;
কংলৈপুংদা কাররে। 'শাবী রাখল মাঙ্ওইনা,
তুরেল থাম্বা মাঙথৎপা; লাঙ্গে-ক্মজে কয়ামা।
পুংময়োনবু তমলকথি, শেলোই চমু পিভংঙা॥
মতাং অসি য়ীবদা লিক্লাই রাজোল থমংচা,
ময়ুম লুরাং য়ুমদগী * শাজৎ—লীচৎ তম্লগা,
পোইরৈ সনা পুংসিদা লৈঙাক্ থৌবু পু-নবা,
কম্বাল থক্তা কারগা মপল নিংথৌ কায়ন্বা,
তরুক শুবা মতাংবু লোইশিনজরে অসিদা॥

* শাজৎ লীচৎ—ধর্ম্ম-কর্ম্ম (লাইনিঙ-লমচৎ)।

## তরেৎশুবা মতাং

পান্নম পূন্নম শুান্নক্কা থানিং মীকৌ হোংদ্রবা,
কংলা মেনগী কম্মোই-মিৎ ঙসি কৌবা নোংজাদা
য়েং'দ মিৎকম হোংঙমদ, নিঙথিজরে কংলাসে,
চৎন হৌন পূমব-শু থৌন্নাংনরে কম্‌বালসে।
পোইরৈ হূপনা তিল্‌লরে কমথৌ পূম্‌বা কমদোংলে,
ময়ু নোংদা মতৌ-লৌ খোংলূপ শুনা কমনরে।
নোংথোনবদি খাবমনে কয়রুং শেলুং মরিনে,
'হূগী 'থক্তা খোংল্‌প্‌মা হূইক্র হন্‌বন ওইখরে।
কম্মোই মিৎকী কলাং-থক তোক্লেন লিশিং পান্নবা,
ময়ু পাকল মতৌ-লৌ কমথালথক্‌তা থাললিবা
তগুপ তরেং ইথক্‌-থক্‌ থমকোল্‌লক্‌তা তনিকপা;
য়েং'দ মিৎকম হোংঙমদে—কম্‌বালসিগী নিঙথিবা।
পোইরৈ চাদি খুনকংথৌ নাইকংথৌদি পোংবগা,
চুঙ্‌নে চোঙনে নাক্ত-থল, টিমেন টারোন পায়রগা;
থন্নাউচি থিনকাম্‌নরক্‌লে, পেরে শানৈ খোংবগা।
খোইজু লৈথাম মৈথূ-শীন্‌ মৈবূল হাইজাউ থানব'দ,
হূমলেন শিকা মরক্তা তাউদনবনা লোৎক্‌ম্‌মি।
মেনগী ফিবুং মঙান্দা; কোন্নৌ মশেক য়েগুম্‌মি।
নিংথৌ নাইদি চঙথোনবা শাফি লানফি শেৎতুনা,
য়েথাং ওইথাং থৌগল্‌লি; মালং জৈচৌক থেম্‌বনা।

পোইরৈ সনা পুংময়োল, কংলা চোন্না তিনবদা,
লাইরেনচাদি য়োইখুঙ্গাউ, ঈরম তরেৎ' শান দেংন্না ;
তাইরেন মরোং ফান্দুনা সুংশেং লাইজা থিকফেংলে।
লাইরেল কুমজিং লোনশাং-য়েৎ নিংথৌরাংবা শঙ শ্রারে,
চরৈ লৈরু থক-থোল চারি নিংখম ফিরেলগা
তুবি থিক্রেন মঙান্নাই নাশি পুংমাই লেম হন্না—
চোয়নৌ স্নরিক নিঙথিবা থবাক ঙংগোই থোন্দুনা,
পোহাল পরেং মঙান-নাই শয়াং তানজাউ শিন্দুনা ;
খূৎশি পানেল হেনজনা য়োইথোন খরে ; রাক্তনা।
য়োইহেন খুমন লৈমস্থ লুরাই কোয়রেন শমথায়লম,
সনাই লৈত্রেং কোরুম্না, নাশি নাপ্প ঙানবা-লম,
সনাই নাশিনা ঙান্নাইরি। খুজি তাঙ্গোই হেনবগা,
ফনেক ফেন্না মঙান-নাই লাইরৈমনি তাইবঙদা।
য়োইবু খুমন লৈমগী সনা খ্বাংনপ নৌরৈ-হেন,
তগুপ-তরেং মিৎথিংলি। খূৎশি নাশি পুম্ন-হেন,
য়োইবু লৈমরেল নাওয়োক্লে অরাই নিংশা থিনকান্নে
শংখুরৈ কাবোক হেননৌবা পামেল উরংচাক হুন্ন-লৈ ;
কাব্রং লৈচু য়ামবগী চরৈ থোললে, লমঙাননা।
য়োইবু থবাক লিকথোল্লম চাইজি হয়রাং চানগুমনা,
তাউজিং হয়কোয় থোংববু, ফিগে রানা মানবনা,

মহারাণীসিনা শেংথিবা ফিদি :— লৈরেন লৈচাউ, কুমশং ফনেক, কাব্রং কানক অসিনি।

কানক ফিনৌ হেন্ন-থোই ; কুরাক হুমদং মান্বনি।
নমথাং কোকথোল লৈতেংহেন শারোঙ লমঙাম্নাইবনি,
ফম্বাল পোৎলম চিশ্বদ কায়রৈ য়েরুম অমগা,
নোহিং পুংফাই য়েন্বঙ্গা থরোয়্ ফিজ্প নাপুগা,
শিদ-নাদ-পোৎলম-শু অমাই চীংখোং য়াকৈরে।
খুমন কৈরুংহাংবীগা * লাইরেল ফলাং খোঙ্গারে॥
লৈমা নিংথৌ অনিনা ফম্বাল থক্তা লৈবসে,
থবী অনি লিয়েৎনা থবা অনি থোক্কুম্লে।
মতম অসি য়েংলুবা ওস্থোকপনি কংলাসে,
মালং নোংশিৎ লেপখরে কোরৌ মৈদি হেল্লক্লে,
শারোকপুংবু থোগনবা তলা পামেল খূদিংসে,
খাংয়েৎলিবা উরী-লৈ সুংবংননা খাঙজরে,
মতৌ করম খাঙসিরা চেংলৌ করম য়েংশিরা,
অসুম হায়না খনবরা তুংগী থৌরম খল্লুবা ?
হৈরাং লৈরাং নোজ'শিং হরাউ মথোই তোংহুনা
হাইনা হুম্না তাম্থারি ফম্বাল থৌরম উবদা।
য়োইবু য়োইহৈ পুম্বগী তাউরোই পুংলন অশৈবা,
কোকশা পাকলোই চিন্দুনা চৈরৈ কিশি কিরগা:

---

* মৈদিংঙু উরাকোম্বোরনা খৃ: গী ৬৫৮দা শিংথ্রুবা, মতুং চহি ৫ নিংথৌ পান্দে। মচা ইবুংঙো নাউথিখোংনা চহি ৫ গী মতুংদা হায়বদি খৃ:গী ৬৬৩দা ফম্বাল কাথি। মরক্তী চহি ৫ সিদি নিংথৌগী থৌদি পুরগা ফম্বালদা কাৎদবা মরম্না নিংথৌ ওইবগী মতম থাদে।

পাম্নে কোরি থম্বাউচি। থোম্লেদ নিংশা থিনকান্না ;
কাশা পাউতাক-চথরে— সনা লমওক শকতুনা।

কোয়ৌ নোংথৌরেল-ও।
লাইরেল্ন য়াংবা মৈতেংথৌ।
সনা নমিরেল, মিরেল থৌয়াংববু
খিরেল্লক লয়েল্লকী কোয়ে।
ইমু ইঙৌয়োনগী
থায়ৈ লেমলৈলক
তুরেল কাউগুল্লক কাউরাম্নুংগী
তাইবঙ চীংঙ্ নোংউ মাঙবু
থায়থৎলকে।
পূনশি নোংশাংনা
সনা নমিরেল, মিরেল থৌয়াংববু
তিম্নলেমলে।
সনা নথোঙজিনবু পোম্না লিৎশিৎলকএ।
মিকপ্পাকপু নেৎথুরকএ।
মিয়াইরেনবু কায়-চোংনা
লাইরেল সনা নথোঙজিন
থোঙলেন মরোন য়াম্ববু কায়-চোংনা
তুবি নচৎলম, লাইরেল নকানশাং
থোংনাং লালু লিশিং গুনা
থোঙলেন তনমু চানেৎলম্ব

ছুখি নচী-হেন, লাইরেল নরাই লাংনা
রাইওংলক-ও।
সনা নমিরেল, মিরেন খৌরাংবু
ভিম্রলেমলে।
নফরেন কারালেমলে,
নফানলেন ভোংললেমলে।
মালেম মানা লোই
থবী মতাংতেন্
য়ায়া শিম্বোং-থাম্
তরেং খোংফাং লয়দনা মীকৌবদি ;
ছুখি নচীহেন, লাইরেল নরাই লাংহৌরকএ।
লাইরেল নওবু ফুবা-লাংনা থুওমদে
ফুবা তোংখল্লাং, লিরেন তামা-লাংনা
কাপযোন্লক্এ।
মোংবা অউপ্লাং
লাংগোম পৌনম-লাং
রাহি ওমকোই-লাং
শন্লম্ ফৈথিং লাংনা থুওমদে।
লরাই মেনকালুক মেন্দাংশাং
লাংবল হাম্বোইবা, মিরেন লাংতম্বা
পায়মা লিম্নি শৎচবনা
খোয়মা লাংদোম্বক্তা

শন্‌লম্‌ ফৈথিংনা লাংদম্ববু
হয়িং পেংলোই-নাই
মুংনাং চারালোই অহৈনবা
খোইয়া লোংজুমচাবু
থুগবরা থুদব-লাং
লাংবল কৌচেং চোংবী-শাবু
ফাগবরা ফাদব-লাং
কুরাক মেন্দং-চাবু
থুগবরা থুদব-লাং
পাখং নাম্‌বা মীশমচিন্‌
লৈরাং অভিংঙাবু থুরৌবা লাংনা
ঙম্বন ঙমদে।

তুবি নচী-হেন,
লাইরেল নম্বাই লাংলকলে।
নবেল খোইমোম লাইরেম্মা
মোংবা থাংঙা য়িমজাউ লৈমা য়াইফবী
মানফম লৈয়েংবী, কোনফম লৈতকপী
মাঙশোক লাইথংবদা
মৈরা তন্দুম ওইনা রাঙন্‌বী
রানা কাদং ঙমবী
হুয়েল ওইরম শুবা থানীকপা তাহন-ফাবী
থোংনাং ময়াং চিরিখোম্‌বী

লোইবি অনাল ওম্বী
হয়েল নোংমা তানফবী
মোংবা থাংতা য়িমজাউ নৈমা ফাবীনা
লাইরেল ইনোংয়াই মঙদি
লাঙোই শম্নাংথক্তা করিগী লাক্তয়োই
নোংখোইরাকো—শাক্শক্-ও
শারেল য়েৎনা লামথুবী কৌরোংতা
খুৎচেং হংচি লারুল
খুয়া য়েৎ-ওই থূমনা
সনা লম্ওক্কমদা
লাইরেল সনা নমিরেল
মিরেল থৌয়াংববু ভিম্নেমলে॥

মতৌ অসুম শৈশক্না কংলা কম্বাল মথকতা, লাইরেল কোয়ৌ ইনিংথৌ' কৈরুং হাংবী লৈত্রেনশা কলাংথক্তা কাখিবা লৈথাক মীয়াম মমাঙ্দা; ওইদা ভাস্নি, লৈত্রেন্না নোঙ্গে মকোক লৈথাক্না। খোংরাই মতম অসিদা পোইরৈ চাদি পুন্নমা— মেনগী চৈরাক মত্তুংদা ত্রুং-ত্রুং লাউবা ইনিলশা, মনিংথৌবু পুনেম্বা পোইরৈ মীকোক অয়াম্বা; লাইজা ঈপোম হৌগুমই—হাইনা হুমা নোন্বদা। পোইরৈসিগী মীথোক্লেম "রাইফয়েনো" লাউরকশা,

খোইক্ মহুম্ মুংদবু চৈশূ মচিল থিল্লুবা—
খোইরেল হূপনা ঙংবগুম কন্দাল মাঙ্দা তিল্লবা
নমু মীয়াম' খোনকম্নি— কংলামুংদা ঙংখিবা।
মতৌ অসূম তৌড়না লৈবাক হৌনা তয়াম্লি,
কংলা শঙলেন্মুংশিদা হয়াউ মথোই তোংনরি।
ত্তরেৎ শেনচা য়েল্লিনে নোইমু থুম্বোল কুবিনা
পিজরিনে, য়েল্লিনে— চরৈ ফিনা কয়া-মা!
মতৌ অসূম কম্বাল্-লাং লৈবাক কূম্মৈ ওইবদা,
নমু তাইবং অপুম্বা লৈবা খৈবিক অপকমা—
কুম্মৈ অসি য়েংনবা কংলা মায়কৈ তম্লক্পা:
অতৎ-অথম নাইদরি; য়াংদৌ ফুন্না লাকপনা।
কংলা কম্বাল য়াকমসে, পোইরৈ শীন্না থুংবনি।
লৈরাং মাগী লৈনমদি খমকোল খুত্তুং' ইনবনি।
লোৎঙমদবা লৈনমদো, তাইবং পুক্লিং হুবদো;
থিরুই হেক্তা মকেক্লুই। তেংবান মপুই থৌগাইদো।
মতম অসি মানগুম্না কম্বাল য়াকম শনখিবা,
লৈরাং লৈনমদৈ হেনবনি মায়কৈ মন্নি থুংখিবা॥

কংলৈ লমদাং ফুল্লিবা পোইরৈ মীয়াম তুংইন্না,
লংমাই চন্নু নাতাজৈ; কম্বাল য়াবু ঙাঙনবা।
অসি কৌবা নোংসিদ্দি কংলা কম্মোই মেনখঙ্গ,
পোইরৈ লৈঙাক থৌবুবা য়ারক চৈবু শায়ড়না—

নিংথৌ শন্নী লেপকনি। য়েংলুসিকো হায়দুনা,
তুংথ-মাঙথা চৎমিন্নে; মাঙগী ন্নান্নী শাদুনা।
লংমাই চন্নু পিতংঙা তাজে তুংদা ঙাঙ্‌ন-ন্না।
ন্নান্নী মন্নুং থিৎলবা চিবোন চিবোন ঙাঙ্‌নবা—
অথোম্‌নন্নে খামবীসে লিক্‌লু নাদ য়ৈন্নগা,
থোইনা হেন্না খাঙঙমদে, উনবিদুবু ফাজিঞ্জে;
ভিলাং থক্‌ন্নোৎনজনা। মিহুল কোক-ঈ মকাজে।
মতৌ অন্নম ঙাউচৎঙৈ কংলা ফম্বাল তোংলিবা।
মৈদিঙ্‌চাদি নাম্ভথিংখোং খুমন কৈরুং হাংবীগা;
ফম্বালথক্তে ফম্‌গুমগ্রে ফম্বাল থৌবু লোইদুনা।
তুবি য়োইকোন অচনবা মোংবা শঙ্গাই য়িমজাউদা,
থবি অনি লিয়েংনা য়ুমজংথিন্নে, শঙ্গাইদা॥
লংমাই চন্নু পিতংঙা ফম্মোই মায়কৈ [illegible]পী,
ফম্বাল থৌন্নম লোইন্নে-তা লংমাই লিক্ল্‌ ঙাউচৎপী,
থৌদু নুংজা হাপচবা শমদু থান্নে, কৈদোক্‌লে।
উনবি চকম লেংদুনা লন্নাই শমদোং কোয়্‌জন্নে।
নুজা য়ান্না তপচবী, খোন্‌থোকচখি য়াকা-মা,
খঙহৌদেদো চন্নুন্ন য়ান্না করি থোকখিবা!
"ইশাবীও! ইনোংথৌ! লহান্‌নোংগী ননেমচা,
নোংবাল অচোং য়িমলেন্দা শন্নী পন্‌দোম্নখিবা,
অসি কোন্নৌ অসিদা লৈন্নাং 'তিংঙা ওইন্নবা!
লাইন্নেল হোঙনেম নহাক্লা কোন্নৌ থোয়্‌না য়েংখিবা,

চরৈ লাকলেন থঙজমদা রাংবল পাংমা য়েংজুনা,
মুংশি ঈকাই চনবদা ইদোম নোংথোইজহৌবী,
কাউমননমু কাউইকো! ওহোকইদা ইশাবী!
লাইরেল মঙ্গী নিঙথিবা শমু মেলোং নমূংশি
চরৈ কিশি কিরমূবা শমু থূংফম হোংদরি।
তাঙজা মরু লূকচনা বারম করম কাউথিবা!"
পহোঙ্গুদা শোনমোইজে মাংলেম থোঙবী লয়তরা।
কোয়ৌ অসি মোংদগী লমলেন মিংচুন তম্বদি,
পোইরৈ 'শিংগী মীয়াম্মা রাক্রম পহোং থঙনথি॥

মতৌ অসুম পিতংঙা পায়মা মুংবংনজনা,
লাইম্না য়োইকোনমুং মোংবা শঙ্গায় তমলকপা;
শেলোই চমু নিঙথিবী লংমাই লিরু অহেনবী—
লোকয়াই তাম্বী লৈয়াংনি, কোয়ৌ মশেক য়ৈগুম্বী।
মশাবীগী মশঙগাই হোঙনেম মাগী মকমলাং,
মুনা মুনা ময়েংজে মনিংথোগী মমায়থোং॥

কংলা সনা য়োইকোমূং শঙ্গাইমুংদৈ লাইয়েল্লা,
মোংবাল লিরু পিতংঙা মিথয়েং শানথৈরকপদা—
মুংশি ঈথক হৌবগী মাঙগী রায়ম নৌহোনা;
পাউকৌজেনে, মশানৌ—লাইরেল পায়মা মুংহৌরা।
"শানৌ লংমাই পিতংঙা! মুংশি থৌকাউ ওমদবী!
পলেম শিম্না নাউয়োকপী থরায় মিয়েল অচেৎপী!

শানৌ নঙ্গী ননেমচা, শায়েন ঐগী য়েংলমদা
কম্লরোনে ইমিয়েন। নৈঙাকমন্নসি নহাক্কা।
শানৌ নঙ্গী লমনবু লোইয়ে থনব্রা অসিনা?"
নিংথৌ য়াবা ভাবদা লংমাই চনু পিতংঙা,
পায়মা মাগী মুংওন্না পাউহোমজখি লিক্লুনা।
"লাইরেল ইনেম্মচা-ও! শেলোই ইয়িম মুয়িনবা!
তুবি করি থোয়জেমো? মুংশি থৌকাউ য়াঙ্লবা।
নহাল তুবি নমিরেল শেলোই লংমাই পল্লিংনোং,
ইছু চীংশাং খোক্লোই-হৌ, ইপল ভাউবা কাংদেন্নোং—
মোম্নু শংলৌ ইথৌরাং লাইরেল থরায় হিংখিনোং;
পোইরৈ করম থৌকাউবা! য়েনলাং ইঙম্ অরোয়োং।
মোমনু লাইথক থিরবী য়ামচেং কাশা চাউজবী,
নৈরাং থাপ্পা নৈকা-শেং হজেন শাশং কেয়বী;
শেলোই খুৎচা লংব-চীং মণ্ডল তরং রাংব-চীং,
করয়স্নু হলরাইবা, ইছু শেলোই লংমাই চীং?
ইচু লেংনা কাংবশিং লংমাই পাখং অতেংবা,
ইপল লেংনা তিনব-লক্ হলরাইসিগে করম্না?
ইচু নাক্কা ওন্দেরোই, তাওজা ছুইয়াই শেনকোয়য়ে।
ইপল কাদা হল্লরোই, চেংলৌ সিবু ইকাইয়ে।
মোমনু নঙ্গী নশানৌ, নোংবাল লিকলু ঐহাক্না,
নমু ভাইবং ওইছনা পানওয়রোই থন্বন্না—
চীংঙ্ নাক্কা থুংলগে রাংবল পাংনা য়েংলগে॥"

য়াব্রা অসূম শোনমোইনা য়াইবি য়ালং' তিনগেইনা,
মালেম লয়্দা তাত্নুনা থমমুং মথোঙ হাংবরম্,
মিরেন হাম্বোইনখিরে ; রাংবল থোঙ্জিল হাংবরম্।
অসাইগী. মালংবা তলা, থাংয়েৎ লৈরাংশিং,
পামেল শোইনাত্ত থাক্তনা মশীং শুবা হৈরাঙশিং,
সুজা মতৌ উবগা খাঙ্ঙমদরে য়েংজবা।
হাইন-হুম্না য়েংলকপা থমকোল মালং থোঙ্য়াংবা,
নাপ্ন চীক্ল তাক্ল্বোই ! মালং মথোঙ হাংবনা,
কংলৈসিবু হুমদোক্কে পুংময়োনবু ইনথুগে,
থৌরাংলকপা মতৌরা ? লিকলু তেংবাং ওইনগে।
মতৌ অসূম তৌরিঙৈ লিক্লাই রাজোন থমংচা।
লাইরেল চাদি মৈদিঙ্ নাউথিংথোংদি নিংথৌনা,
মশানৌগী মতৌ-য়েং, সুংশি ঈথক হৌজনা—
হেকঙাই সুংয়েং চেংজনা সুংওন থোয়বু হোত্তুনা :
লপ্য়ান কার্দে চেল্লকলে, তকপৌ শিদং শোন্দুনা।
লিকলু নাক্তা থুংলরে নিংশা ফ্য়না থিংকাম্না,
মতেক ওইবা রাহায়না ইশানৌও ! নিঙথিবী !
পলেম শিন্না নাউয়োকপী ! লংমাই চনু অহেনবী।
করি মতৌ কৌবগে ? কব্নি' অসূপ তয়াংবা ?
সুজা নঙগী নশক্কম তুবি করম য়েংশিবা ?
হোঙনেম থব্রায় ওইরিবী ! শানৌ নঙবু তাবরা ?
মোমসু নঙ্না অসূম্না মালেম লয়দা য়াহিপ্না,

শাংবা য়াহিপ তাবদি—লাইরেল করম খাঙ্‌শিবা ?
য়াঙ্‌গী থৌদোক খুদিংবু পায়মন্নুংদা খললুবা,
লমজাউ খোনগী খাম্বীগুম অহোই অহোই চারুকপা ;
সুজা করম য়েং'লিবা ? য়েংউ ! য়েংউ ! পেঙ্গনা—
মোমন্নু নঙুং লাংগীবু তুবি ঐনা খাঙ্‌লিবা !
লংমাই লোকয়াই তাম্বলৈ । নঙগী লম্মন মশিংবু,
অসূম্নবু শিংবরা ? য়েংঙম্‌লিবরা ঐহাকপু ?
নথংলেন্দি ঐহাকসে—"মিয়াংদ থুবা কুরাক্‌ম্‌"
অসূপ তমথি' লারুবা ? শাগকলবা চেকলাগুম্‌ ।
য়ারা অসূম পিরাং-হৌ মশানৌবু চিংন-য়েং,
হীক-হীরুবা মখোনথাং মৈদিঙ্‌চা নাউথিংখোং,
উনবিন্নুংবু পুঙমদা, নুংশি থৌকাউ ঙমদবী !
পুনশি খোঙহৌ ওইজবী ! লোইরে ঙসি লৌথিবী !
মোমন্নু নঙনা কিরম্বা পুন্নুং কিশি শাংদিংসে,
থোরুগেকো ইমিরেন ! চেংলৌ থিংনা য়েংলোসে ।
মোইকাই শংনা য়েংজরো ! মালংলক্‌কী ইমিরেল !
নিংথৌ ঐঙ্গী লোয়নবী ! শিংলো নঙ্গী লমনলেন !
খোইমোম খাদা তিঙ্গবী লংমাই পিশিন পিতংঙা !
মঙাং ঐগী লৈমরেল লৈরেন হমবী' মফমদা
তিনথ্রে ঙসি ইশানৌ ! তুবি ঐগী ইরান-দা !
শেলোই চন্নু মঙম-য়েং থৌরম করম উৎশিবা !
পায়মন্নুংদা খন্‌বগা লাউ্থোরুকখি, পোইরৈদা ।

তুবি ঐগী পিশিনরী ভিনজবীনি, য়ুমজাউদা।
লয়েন শেলোই লৌথৈয়োং থৈয়োং চুম্বা লোকচাউ-য়ি,
লমহৌরকখি পিভংঙা! চীঙোয় লংমাই নায়ন-য়ি।
হয়েং পোইরৈ চাদোয়া য়াংঙম শূদোন তান্‌বনা,
লোইদাম মকুম খূদিংদা পোইরৈ পুম্‌না হুপ্‌তুনা;
তাম্বোং চেয়া কুমশাবা লেমথোং চেন্‌না কুমওইবা—
লংমাই পিশিন চীঙোই-য়ি লৈহুন তমসি লৈরাংনা।
লোইদাম মকুম ওইরকপা কুমজা লাকয়েন তাইরকপা,
খোংকৈ য়াংদৌ লমগা-চেল অয়াং ঈরেল ঈরুপ্পা,
লোইবি কোয়রেং মরুগা ভিংখৌ তোয়োং য়াউজনা,
লংমাই য়িদা ঈরুপ্পসি লৈমরেল মাগী মকমদা,
য়ারা অসূম খোম্বোক্পা চারোন শূরোন তৎনদা,
শেলোই চম্বু পুনেমনৈ; পোইরৈ নিংখৌ য়াথংনা॥

মতাং অসি' পম্বুংদা শেলোই চম্বু পিতংঙা,
মশাবী থমং য়াঙোনচা মৈতৈ নিংখৌ হোঙনেমগা,
তাইবঙ্‌ লমদাওদৈ খাইহুনা লৈরেন হনবীদা ভিন্নগা,
তরেৎশুবা মতাংদা য়ুমজাও লৈমা ওইখিবা,
লোইশিঙরে অসিদা; — খুরুমজরি ঐখোয়না॥

লোইজরে।

# চুমথোক্কচবা থরদং

| | লাল্লবা | লামায় | পরেং | চুমথোক্লবা |
|---|---|---|---|---|
| ১। | শীংজ | ২ | ১ | শীংজা |
| ২। | হৌইয়াম্বী | ফুটনোটতা | ২ | হোইয়াম্বী |
| ৩। | পূকছু-য়ে | ২২ | ১২ | পূকছু-হয়্ |
| ৪। | থম্ম | ২৭ | ৫ | থেম্ম |
| ৫। | য়াথ-তা | ২৭ | ১৫ | য়াথং-তা |
| ৬। | চংগা | ২৮ | ১ | চুংগা |
| ৭। | লৌরী | ২৯ | ১৩ | লীরী |
| ৮। | ল মাই | ৩১ | ৯ | লংমাই |
| ৯। | ইমোন | ৩৫ | ১৮ | ইমোম্ |
| ১০। | হবচোক | ৩৭ | ১২ | হকচোক্ |
| ১১। | খোনথাংনা | ৪৪ | ১৯ | খোনথাংনা |
| ১২। | ইকাই | ৮৪ | ২ | ঈকাই |